# পুখ্রম্বা কাজাউ

## (মরৈবাকনিংবা অমা)



ডাঃ খাঙেম্বম শামুঙৌ

# পুথ্রম্বা কাজাউ

(মৈরবাকানিংবা অমা)

# পুখ্রম্বা কাজাউ

(মরৈবাকনিংবা অমা)



ডাঃ খাঙেম্বম শামুঙো

# Pukhramba Kajao

(Mareibak Ningba Ama)

*Life and works of a patriot Kajao/ Phingang Jemadar.*
*– by Khangembam Shamungou*





ফোঙজবী : খাঙেম্বম ওংবী পুর্ণিমাসি দেবীনা
শঙাই পাব্লিকেসন, নম্বোলগীদমক্তা ফোঙজবা

অহানবা ফোঙবা : ২০০৬

ফংফম থোকপা : অইবা

মখুম মমাযগী লাই : আর কে সি এস, আর্ট গেল্লরী, কৈশামথোং

নম্ফম : সুচেতা প্রিন্টিং ৱার্ক্স,
পোলোগ্রাণ্ড রোড, ইম্ফাল।

মমল : লুপা ৬০.০০




---

# হায়নীংব ৱারোল

ডা: খাঙেম্বম্ শামুঙৌন ইব 'পুখ্রম্বা কাজাউ' হায়ন মিংথোন্ব লাইরিক্সি খুৎই ওইন লৈরিঙৈদ য়াম্ন কূপ্ন পারে। অইব ডা: শামুঙৌ ওজাগী সিন্ফম্দ হৌরক্প, মহৌশা লাইরেম্বীগী খুৎসেম্দ ঙাওজব, প্রকৃতিগী তম্পাক্ত চেন্ চোংদুন কোয়পাই পাইদুন সান্নরিব লম্লক্কি সা-উচেক্সিংবু নুংসিজব লোয়নন মখোয়গী মরম্দ থিজিন্ব পাম্জব মীসক্নি। অসিগীসু মথক্ত পৃথিবীগী লৈমায়দগী মৃৎখিগদৌরে হায়ন মিপাইনরিব খ্বাইদগী তাঙ্লব সা মখল্সিংগী মরক্ত অম ওইরিব মণিপুরগী সঙাইগী মরম্দসু থোইদোক্ হেন্দোক্ন কূপ্ন মুন্ন খঙ্ব লোয়ননা সা মখল্ অসিগী মরম্দ খ্বাইদগী ওথোরিতি ওইরবনি হায়ন লৌনরিব

অইবন অনৌব খুৎথা ওইন ঙসিদগী চাউরক্ল চহী চাম্ম খর হেন্বগী মতম্ হায়বদি ইং শক্ ১৮৯১ দ থোক্খিব মণিপুর ইতিহাসকি খ্বাইদগী লাইবক্ থীব থৌদোক্ চহী চা কয়া নীং-খা তম্ন পাঞ্জরক্প মণিপুরগী নীং-খা তম্বগী অরোইব লান্ফম্ ওইখিব বৃটিশক মণিপুবগ সোক্লখিব লান্ফম্ অদুগী হৌরক্ফম্ মরু ওইরিবা মৈতৈন বৃটিশ ওফিসর মঙা হাৎখিবগী থৌদোক্ত বৃটিশকি কা হেন্ব সাজৎ, মীগী ইমুং মনুংগী ৱাথোক্ লাম্থোক্ত মথৌ নত্তন মথৌ সাদুন খাবৈ খরা সাব লীচৎকী মায়য়োক্ত লেপ্তুন বৃটিশকি খ্বাইদগী মরু ওইব মীসক্সিংগী মনুংদ অম ওইরিব, মণিপুরদ বৃটিশ রেসিডেন্ট ওইন লৈব মতম্ অদুগী মণিপুরগী পোলিটিকেল্ এজেন্ট, মিষ্টর গ্রিমৱুডপু তান থিন্দুনা হাৎলুবগীদমক্ বৃটেন্দগী মহারনীগী মথক্ত লান্ হৌই হায়বগী মরাল্ পীসিন্দুনা সিবগী দন্দি পীবদগী থৌনা লৈন ফাঁসিগী সগাই কাদুন সহিদ ওইখিব মৈতৈলৈমগী থৌনা ফরবা মপাবি পুখ্রম্বা কাজাউগী ইতিহাসকী থৌদোক্ ৱাথোক্ত কোন্নরব পুন্সি ৱারী অম অহল্ লম্ন কয়াদ চীন্থাঙ্ যৈন লাক্প ৱারী সীংবুল্ অমদি থৌদোক্ অদুগ মরী লৈনন ফংব অবিব বেকোর্ড কয়াদ যূম্ফম্ ওইরগ লাইরিক্ অম ওইন সেম্গৎতুন পুথোরক্প

হায়বসি অইবগী থোইদোক্ হেন্দোরকপ থাগৎনীংঙাই ওইব থৌন লিংজেল্নি হায়নীংই।

মণিপুরগী নীং-খা তম্বগী অরোইব লান্ফমগ মরী লৈনন মমা লৈবাক্ মণিপুরগীদমক্ থয়ায় কৎখিব থৌনা লৈব মরৈবাক্ নীংবা মচাসিংগী মরক্ত মরুওইব মীসক্ অম ওইরিব পুত্রম্বা ফিঙাও হায়নসু খঙনব পুত্রম্বা কাজাউগী মরম্দ হন্ন মীয়মন কয়া কৃপ্‌ন মুন্ন খঙনরম্দবদু ওজা ডা: শামুঙৌন ব্রান থিজিন্ খোম্জিন্নগ মপৃং ফাব লাইরিক্ অম ওইন পুথোরক্পা অসিন সাহিদ অসিগী মরম্দ লৈবাক্ মীয়াম্দ হৈন্ন ময়েক্ সেংন মরীক্ চুন্ন খঙহন্ব ঙন্নগনি হায়বসি চেৎন থাজে। ওজা অসিগী হোৎনজমল্ন ঙসিগী মীরোল্গী থিজিন্নোই কয়া অমদি তুংদ লাক্কদৌরিব মীরোল্ কয়াগী মফম্দসু অচৌব মমল্ নাইদ্রব খুদোল্ অম তম্বিরে। পুথোক্লিব লাইরিক্সি মণিপুর ইতিহাসকি পৃক্কেদ নৌন হাপ্‌চিল্লক্লিব মমল্ নাইদ্রব অতাঙ্‌ব লাইরিক্ অম সোয়দন ওইগনি হায়ন থাজে। অইবগী তুংগী পুন্সিদ অসিগুম্ব মমল্ য়াম্ব খৃৎথা কয়া অমসু লেপ্প লৈতন পুথোরক্পা ঙম্মবগী থৌনা, লিংজেল্ অমদি পাঙ্গল্ তাইবং মপুন শীনবীব ওইসনু।

ইম্ফাল্
তাং ১৯/৫/২০০৬

নাউরোইবম্ ইন্দ্রমনি
নাউরেম্থোং, ইম্ফাল্

# ৱাহৌদোক

থাইনদগী খুকল-পাঙ্গলনা মনিং-মখা তমলকপা লৈবাকনি – মণিপুর। অৱাং নোংপোক ভারত্তা ইংনা চিক্লা মঙাল নাইরকপা, শাংলবা পুৱারীগী লিকলম পরিং তৎতনা লৈরকপা মফমনি – কংলৈপাক। মহৌশাগী শক্তম – চীং, পাৎ, তুরেল, লমলক্কী থৱাইপানবশিং মরাং কায়না ৱাংত-পাদনা প্রকৃতিগী লৈবাকনি – মণিপুর। লমদমসিগী, বরাক, মকু (মক্রু), খায়, ইরংগী মশা-মরেংশিংনা চীংনুং লৈবাক শিঙ্খুংনা থেক্লা খোয়না ঙাথু-থেংথুরম্লগা আসামদা ব্রহ্মপুত্রগী ঈচেলগা তিন্নদুনা সুমুদ্র পাংলি। অদুগা, ইম্ফাল, ইরিল, থৌবাল, সেকমাই, চাকপী, খুগাগী মরিল লীকশাংনা চীংনুং, তম্পাক্কী কাচিন কোয়াদা মতিক মঙাল উৎলম্লগা মণিপুর তুরেল হায়না মীঙ্গৌরগা কবো (ম্যানমার) লৈবাক য়ৌখিদুনা চিন্দৱীন-ইরাৱাদীগা ঈতিন্নরি। অৱাং নোংচুপ চীংনুংদগী ঈহৌরকপা নম্বুল, নম্বোল, থোংজাওরোক, ইরুম্বী অতে ঈরম খোংলম নিফুমুক্লা লোক্তাক ঈমায় চোলহন্দুনা তম্পাক্কী শকয়েল মীংসেল ওইরি। তুরেল ময়ামগী ঈচেলফম, ঈতিনফম ওইবনা লমদমসিবু মহৌশাদগী লৈহাও চেলহল্লি। পোংথোক চাথোক মরাং কায়না মীপান তাংদনা লৈরকই।

থাইনগী অরিবা ৱারী লাইরিক, পুয়া, সাহিত্য, পুৱারীগী লমায়শিংদা তোঙান তোঙানবা মিং কৌনদুনা মণিপুর শক্তাকলম্মী। মিংশিং অসিগা লোইননা মতম মতমদুদা পাল্লম্বা নিংথৌশিংগী মতিক-মথৌনা, তৌবঙম্বা শক্তিবু য়ুমলোন্নবা লৈবাকশিংনা ইকায়খুম্নবা উৎনৈ। মমাংঙৈদা মণিপুরবু ওৱাশিংনা (ম্যানমার) কতে, তেখাউ (আসাম) লৈবাক্কী মীশিংনা **মেখল** নৎত্রগা **মেখলী** নৎত্রগা **মেখলা দেশ**, কছারনা **মোগলী**, ইংরেজশিংনা **মীকলী** হায়না খঙনরম্মী (প্রেমবর্টন, ১৮৩৫)। খৃষ্টকী মমাংদা পানখিবা নিংথৌশিং নৎতনা পাখঙবা মতমদগী (খৃষ্ট কুমজা, ৩৩) মণিপুরনা ভারতকি শরুক অমা ওইখিবা (১৯৪৯) ফাওবদা নিংথৌরোল ৭৬ লৈখি। অপিকপা লৈবাকসিগী থৌনাফবা নিংথৌশিংনা মতম মতমদুগী য়ুমলোন্নবা ওৱা, আসাম লৈবাক্কী নিংথৌশিংগা লান শোক্লদুনা মণিপুরগী ঙমখৈ পাকথোক চাওথোকহনখি। কুনমথোইশুবা চহিচাসিদা বর্গ

কিলোমিতর ২২.৩২৭ খক্তা পাক চাওই হায়না পানরিবা মণিপুরগী ঙমখৈসি তরামপলশুবা চহিচাগী হৌরকপা মতম অদুৱাইদদি য়াম্না হেন্না পাক চাওরম্মী। নোংপোকলোমদা নিংথি তুরেলদগী নুমিৎ হুমনি, মরিনিগী লম ; অৱাংলোমদা কোহীমা ; নোংচুপলোমদা কছার তম্পাক ফাওবা মণিপুরগী লম ওইরম্মী (খেলচন্দ্রা, ১৯৬৯)।

মণিপুরদা অতিয়া মকোয়গী থৱানমিচাকুম মতিক-মঙাল নাইবা মীওইপোক কয়া লৈখি। অথোয়বা নিংথৌ কয়া পানখি। লাইপোককুম্বা কয়াগী মতিক মগুন্না লমদমসিবু মনিং মখা তম্না লাক্ল-ফানবা ঙমদবা লৈবাক ওইরকই। লৈফমগী খুদোংচাবা য়েংনা চীংদা চীংমী, তমদা তম্মী (মরুওইনা মৈতৈশিং) লৈনরগসু মখোয়গী মরক্তা ঈ অমতগী মচা, অপুনবগী শক্তম, নুংশি-চান্নবা মতৌদি অদুমক কায়নরক্তে। চীংগী থিদে, তম্পাক্কী য়েংদে অৱা-অনা মতমদা অমনা অমগী তেংবাংনরকই। অকন অকনবা শাফম লানফমশিং পুন্না থেংনমিন্নরকই। অদুঙৈ, চহি তরেৎ খুন্তাকপা হাক্তক, মৈতৈনা অৱাশিং তাম্থোকপদা চীংমী অকন অথৌশিংগী মতেং শিংথানিঙাইনি। চীংমী কাংলুপশিংগী মরক্তা উংখৎনরক্তুনা অৱাই-অখুম খৎন-চৈনরকপদা মৈতৈ নিংথৌনা ৱাতেমদুনা নুংশি চান্নহনখিবা ইতিহাসকী লমায়শিংদা ময়েক লারি।

ইং ১৮৯১ বু মণিপুর পুৱারীগী খ্বাইদগী মরুওইবা চহি ওইনা শিংথানরি। চহি অসিদা, লোইলম লৈঙাক শন্দোকপা পান্বা বৃতিশশিংগী ময়োক্তা মণিপুর ইমাগী মচাশিংনা থৌনা ফনা মায়রোং য়াখি। ঐখোয়গী নিংতম্বা ঙাকনবগীদমক্তা চীংদুম-চীংজাউগুম্না লেপখি। অদুবু নিংখাতম্বা অদুদি ঙাকপা ঙমখিদে। চহিসিগী এপ্রিল ২৭ তা সনা কংলাদা ঐখোয়গী নিংতম্বা ফিরালগী মহুৎতা অংগ্রেজগী ফিরাল পাইখি। মণিপুরীশিংনা মীখা পোনবগী পিরাং শিল্পনখি। লান লোইরগা অকনবনা অচুম্বা শকপা সাহেবশিংনা লমদমসিগী মরৈবাকনীংবা অথৌবা কয়াবু ভারত সরকারগী হুকুম ইন্দে, বিলাত মহারানীগী মায়োক্তা লাল হৌই হায়বগী মরাল শিখি। মা-মানা তৌরুবা মরালগী দন্দিনি হায়দুনা শকনাইবা কয়াবু মীরৈবাক্তা লোই থাখি। পুৱম্বা কাজাউ, নিরঞ্জন সুবেদার, টিকেন্দ্রজিৎ, থাঙ্গাল জেনরেল অদুগা চিরাই নাগা মঙাবুনা শিবগী চৈরাক পিখি। পুৱম্বা কাজাউ/

পুখ্রম্বা ফিঙাংবু ইহান হান্না ফাঁসি তৌখি। ঐখোয়গী অথৌবদো, মরৈবাক মজাতিগী নিংতম্বা ঙাক্লবগীদমক্তা মনুং-মতম চাদনা, মশাগী চহি ৩৫দা তাইবংপান থাদোকখি। শহীদ ওইখি।

খুঙ্গংদা পোকচরবসু কাজাউ মমা লৈবাকপু নুংশি। চীং-তম নুংশি-চান্ননা লৈমিন্নবা পাম্মি। মহাক চিরাই নাগা অদুগা নিরঞ্জন সুবেদারগা চান্নবা মরূপ ওইখি। ইমা লৈবাক্কীদমক্তা মখোয় অহুম চিক্লা ৱাতানখি। বৃতিশ সিফাইশিংনা অরাপ্পা খুঙ্গং ফাওবা চংলগা তৌনিংবতা তৌবা মীওইবগী শাজৎ চৎতবা মতৌদা মহাক খাঙঙমখিদে। খা-চিক্লা খূতুম শিংখি। ইতিহাসকী লাংদাই অমদা খ্বাইদগী থৌনাফবা মরৈবাক নিংবা অখোয়বা থৱাই অমনি – পুখ্রম্বা কাজাউ। মণিপুরগী পুৱারীদা সনাগী মুক্লা ময়েক লানা ইগদৌবা মৈতৈ লৈমগী অচঙবা থৱাইনি – পুখ্রম্বা ফিঙাঙ। মরৈবাক্কীদমক্তা ইহান হান্না ফাঁসিগী শগাই কাখিবা, অখোয়বা শহীদনি – পুখ্রম্বা কাজাউ/ফিঙাঙ লাম্মী।

ঐখোয়গী পুৱারীদা অসুক শকনাইরবা কাজাউগী মরমদা অইবা চে-চাং মতিক চানা ফংজদে। সিনামচা হেবামনি খুমনগী মরৈবাক নিংবা অথৌবা অনি কৌবা লমায় ১২ খক্তা পানবা লাইরিক (কাজাউ মরমদা – লমায় ৫) অসিনা কাজাউগী মরমদা অহানবা খূৎইনি। কাজাউগী পুন্সিদা কোনুংগী পুন্সি, মরুওইনা মাগী ৱায়েল বিচারগী মতাঙদি মণিপুর ষ্টেট আরকাইব, মণিপুর ইতিহাস, অতৈ চেফোঙ অমসুং চিনবুং ৱারীদগী ফংজে। অদুগা, মাগী পোক্লফম কাঙমোংগী চহি ৮০ দগী চহি ১০০ শুরবা অহল-লমন, অখঙ-অহৈ খরদগী কাজাউগী খুঙ্গংগী পুন্সি ৱারী শাগৎচৈ। 'মৈনা ৱাই তাঙনা শম' মীয়াম্না তাকপিরকপা ৱারীদা খরা খরা থৈনবা য়াওরকই। মদু পূম্নমক য়ারিবমখৈ খন্দোক-খনজিন তৌবগা মান্নবা শরুক্তবু লৌনবা হোৎনজে। অদুনা কাজাউগী ৱারীবু পুথোকপদা পূক্লিং থৌগৎপিদুনা ৱারী শীংবুন কয়া তাকপিরকখিবশিংনা মশা-মশানা হায়খিবশিংদু য়াওরকই/য়াওরক্তে হায়বগী ৱারৌবীগনু। ঐনা হংজ-চৎচরুবদা চিংথবা নান্থবা লৈহৌরগসু লান্না লৌবীগনু। কাজাউগী মরমদা অখঙবা ৱাহৈ অমতা লৈরগসু খঙহনবীরকউ। ঐখোয়গী শকনাইরবা, মরৈবাক নিংবা নুপাসিগী পুন্সিৱারী হেন্না মরীক চুমহনসি। মপুঙ ফাহনসি। হৌজিক্তি ওইনদি শহীদ ওইখ্রবা অখোয়বা

নুপাসিগী পুন্সি ৱারীবু মতেক মতেক ওইরগসু খোমজিল-তাশিল্লম্বা হায়বসিনা লাইরিক মচাসি ইজবগী পান্দমনি।

শ্রীনাউরোইবম ইন্দ্রমনি সিংহনা লাইরিক অসি খুৎই ওইরিঙৈদা পাবীদুনা, মরুওইনা মণিপুর ইতিহাসকা মরি লৈনবা কয়াগী পাওতাক পিরকই। কাঙমোংদগী থোকচোম সবর্ব সিংহ, সিনামচা হেরামনি, থাওনাওজম ইবোহল, চিংরোম ইবোতোন, থাংজম বাবুনচিংবা কয়ানা কাজাউগী ৱারী ৱাতাই কয়া লিবীরকই। লাইরিকসিদা হাপচরিবা অয়েকপা লাই/ ফোটো অয়াম্বা দি আই পি আর, মণিপুর ষ্টেট মিউজিয়মদগী ফংজে। মখুম মমায়গী লাই অসিনা আর কে সি এস, আর্ট গেলরীনা পিবিরকই। মসিগীদমক্তা মীয়ামগী মফমদা অইবনা শিংবা ঙমলরোইদৌবা লমন তোনশিঞ্জরে।

লাইরিকসিগী মতাঙ-মতাঙদা 'পুৱারী' অদুগা 'ইতিহাস' হায়বা ৱাহৈ অনিমক শিজিন্নজরি। মসিগীদমক অপাবশিংনা ঙাকপীগনি।

অরোইবদা, লাইরিক অসি ইনবা হোৎনবদা মখল মথেল মতেং পিবীবকখিব খুদিংমকপু থাগৎচরি। মখোয়গী মফমদা শিংবা ঙমলরোইদেবা লমন তোনশিনজরে।

মে, ২৫-২০০৬

[signature]

# য়াওফম



ব্রারোইচীং
কবোব্রাকচীং
লোক্তক প্রোজেক্টী কেনেল
নম্বোল বজার
খোরীফাবা চীং
লাঙ্গোলজম
হৈক্রুজম খুল
নেশনেল হাইৱে -৫৩
কাঙমোং লৈফম তাকপা (অককনবা স্কেল
অদুগা মাইকৈ চুম্না তাকপা খুয়েক নতে)

অহানবা

# মণিপুর-বৃতিশ মরি লৈনরকপা

মৈতৈ নিংথৌরোল পরিংদা মৈদিংঙু পামহৈবা নৎত্রগা গরিবনিৱাজ (১৭০৯-১৭৪৮) থৌইদোক হেন্দোক্লা মতিক মথৌনা লৈবা নিংথৌনি। মহাক্লা লৈমা ১০ পান্নদুনা মচাইবুংঙো ১৬ থমলমই। অহল ওইরক্লুনা পাঙ্গল ময়েং তারক্লবদা পোকমিন্নদবা মচাশিংগী মরক্তা নিংথৌ ওইনিংবদগী ঈমু-নাইমু তান্নরকদৌরে খন্দুনা মচাইবুংঙো চিৎশাইদা (খৃ: ১৭৪৮-১৭৫২) নিংথৌ খুভম শিন্নরম্লগা– মহাক্কী পুন্সিগী অহানবা শৈহৌ, মতিক-মঙাল ফনা নিংথৌ ওইরিঙৈদা তৌনিংবতা তৌখিবা থবক, চৎহৈদবা শাজৎ, যেংহৈদবা মীৎযেং মযামদগী পূক্লিং শান্তি ফংনবা, য়াচংলক্লবা পুন্সিগী শরুকপু ইংনা চিক্লা লৈনবা লাই নিংখি। অদুবু 'মা-মানা তৌজবা থবক্কী ফল মশানা ফংজৈ' হায়নবগুম্না অহল ওইরবা নিংথৌসু মহাক্লা তৌখিবা ফৎতবা থবক্কী ফল ফংখি। ঈশ্বরগী ৱায়েন্দা মচাগী মখৃৎতা লাইবক থিয়ু তমলম্লা, চিৎশাইগী খৃজিল থৌবাংদগী মচা ইবুংঙো শত্রুঘ্নশাইগী (তোলেনতোম্বা) খৃৎতা মাগী পুন্সি খোংচৎ লোমখি। চিৎশাইসু অদুমঙাই, মপাগী মফমদা লংজরুবা মরালনা মপোৎ ফারক্লুনা নিংথৌ ওইরবসু খুয়া তুশিংনা পানবা ঙমখিদে। তিঙ্খং-তুম্বৌথক্কী সিংহাসন্দা ফম্বগুম ঙহাক্তা পূক্লিং লৈতাবা ফংখিদে। নিংথৌ ওইবা চহি মরি শুরকপদা মমা তিন্নদবা মনাও ভবতশাইনা লান হৌরকখি, মনাওগা মায়োক্লুবা ঙমদদুনা ময়াং লৈবাক্তা চেনখি। ভারতশাইনা (১৭৫২-১৭৫৩) অমুক নিংথৌ ওই। নিংথৌ হেক ওইবগা ভরতশাইনা মাগী মায়োক্তা লৈরকদৌবা চিৎশাইগী মচাশিং, মপা মতোনশিংবু

অরাপ অরাপ্পা মফমদা লোই থাখি। য়েক্ল-তিঙ্খং লৈতনা পান্নবা থৌরাংখি। মহাক লৈবাক প্রজগী খন্দবা মশাগী নুংঙাইনবদা খনবা, অকে-অমৌদা তাউবা নিংথৌনি। ফিভমসিদা মহাক মীয়মনা পান্নরক্কে। মহাকপু নিংথৌ খুভমদগী লৌথোক্লগা অতোপ্পনা মহুৎ শিন্নবা থৌরাংখি। মাংলমচৎতা পামহৈবগী নিংবা থুংনবগীদমক্তা মশাগী ফংফম থোকপা নিংথৌ খুভমফাও থাদোক্লগা মপাবুং শেন্নখিবা শ্যামশাইগী মচাইবুংঙো গৌরশ্যাম (মরাম্বা) অমসুং ভাগ্যচন্দ্রা (চীংথংখোম্বা) মচিন মনাওদা নিংথৌ ওইনবা অরোনবা লানওং শিনখি। মীয়ামগী অপাম্বা মায়োকনবা ঙমদনা ভারতশাই অন্না লৈবাক্তা চেনখি। প্রজগী অপাম্বা মতুংইন্না গৌরশ্যাম অদুগা ভাগ্যচন্দ্রনা শিনলোন শিনজিন নিংথৌ ওইনখি – অহানবদা গৌরশ্যাম (১৭৫৩-১৭৫৯), মথংদা ভাগ্যচন্দ্র (১৭৫৯-১৭৬১),...। গৌরশ্যামনা অহানবা নিংথৌ ওইরিঙৈদা অন্না নিংথৌ অলুংপায়াদা (আলোম্প্রা) ভরতশাইনা হায়জদুনা মৈতৈ নিংথৌ মথক্তা লান্দারকখি। মৈতৈ লৈবাক কাং-খোং চায়হনখি। অন্নানা মৈতৈ কোনুংদগী মমল য়াল্লবা পো-চৈ ময়াম খোমখি। মতুংদা ভাগ্যচন্দ্রনা নিংথৌ অমুক ওইরে। মহাক্লা য়েক্লবা অন্নাবু মতমচুপ্পগী ওইনা মায়থিবা পিনবা অদুগা চিৎশাইনা তখেল নিংথৌগী মতেং লৌরগা লান্দারক্কদৌরে হায়বসু খঙলবা থৌরাংদু থিংনবা বৃতিশকা অহানবা ওইনা মরি থমনবা হোৎনখি [১]। খৃষ্টকি চহি ১৭৬২ জুলাইদা ভাগ্যচন্দ্রনা হরিদাস গোষাইবু চিট্টাগোং ফেক্তরীগী লুচিংবা বৃতিশ মচা হেরী ভেরেলষ্টকা ন্নারী তৌনহন্দুনা মহাক্কা বৃতিশকা মরি থমনবগী অপাম্বা ফোঙদোকহল্লুই। বৃতিশনসু য়াদুনা সেপ্তেম্বর ১৪, ১৭৬২ দা হেরী ভেরেলষ্টনা ইষ্ট ইন্দিয়া কম্পনিগী মায়কৈদা অদুগা হরিদাসনা মৈতৈ নিংথৌগী মহুৎ শিল্লগা য়ানচে অমা সহী তৌনখি। অসুম্না য়ানখিবশিংগী মরক্তা – বৃতিশকী কারখানা শানবা মৈতৈ নিংথৌনা লম পিবা ; মণিপুর ফাওনা চৎথোক-চৎশিন তৌন্দুনা বৃতিশ-চিন্নাগী মরক্তা ললোন ইতিক তৌনবদা মণিপুর নিংথৌনা য়াবা ; মৈতৈ লৈবাক্তা থারকপা বৃতিশ লান্মীশিংগী খরচ নিংথৌনা পুথোকপা ; অদুগা মসিগী পাউখুমদা বৃতিশনা মণিপুর নিংথৌদা লান্মীগী মতেং পিবা য়াওরি।

---

(১) ন্নারী অমদা, চিৎশাইনা মাগী নিংথৌ খুভম হনজিন্নবা ত্রিপুরা নিংথৌগী মপান্না বৃতিশকী মতেং ফংখি। মসিনা বৃতিশকা মৈতৈগা অহানবা শমনবনি – Lal Dena, 1991.

মতমদুদা দিল্লীগী সিংহাসনগীদমক্তা শাহ আলমগা গজীউদ্দিনগা কন্না মুক্লরি। অসিগুম্বা রাজনিতিগী ৱাইচিনবা মতমসিদা মণিপুরগুম্বা অরাপ্পা মফমদা ইংরেজ লাম্মী থাবা অশিংবা নৎতে খন্নরে। অদুগা, অমরোমদা মৈতৈ নিংথৌগা মরূপ ওইবগী খুদোংচাবসু নাম্থোকহনিংদে। ফিভমসিদা 'লিনসু শিবা চৈশুসু তেক্কবা' বৃতিশ লাম্মী তেঙ্গোল অমা মণিপুরগীদমক্তা খৃ: ১৭৬২ গী দিসেম্বরদা চিট্টাগোংদা থুংলৈ। মফমদুদগী জনুৱারী, ১৭৬৩ দা মি: ভেরেলষ্টনা লুচিংদুনা মণিপুর পাংলকই, অদুবু লম্বীদা অনা-অয়েক কয়া য়াওরকপা, নোং-চীংগী ফিভম ফৎলক্কবদগী বরাক তুরেল খোংবন্দগী হনখি। মণিপুর য়ৌরকখিদে।

অদুগা, অমরোমদা জয়সিংহ মহারাজনা পিগদৌবা বৃতিশ লাম্মীগী খরচ অদুসু লমদমসিদা থোকপা পোৎথোক অমসুং ললোনপোৎ ওইনা পিনবা হায়জখি। অসুম্না হায়খিবা ৱাফম কয়া নাকল অনিনা কায়রকপদগী য়ানচে অদু থবক ওইনা ওন্থোকখিদে। মৈতৈ-অৱা মরক্তা নুংশিনদবা, খৎন-চৈনবা অদুমক লেপখিদে। ভাগ্যচন্দ্রগী মচাশিংগী মরক্তা নিংথৌ খুভম কল্লকনবগী খুদোংচাবা লৌরগা অৱানা মৈতৈ লৈবাক খুদুম চনখি। অৱাগী মীওৎ মীনৈদা মৈতৈশিং লৈবা ঙমদদুনা আসাম, কছার, ত্রিপুরা অতৈ মফমশিংদা চেন্নখি। মণিপুরদা চহি তরেৎ খুন্তাকখি। মতুংদা মতিক মথৌনাফবা নিংথৌমচা – হেরাচন্দ্র, গম্ভীরসিংহ, নরসিংহগী মপান্দগী অৱাশিং তাম্থোক্কুনা মণিপুরগী নিংতম্বা অমুক হনজিনখি। অদুবু গমভীরসিংহ বৃতিশকী মরক্তা মরূপ মপাঙ ওইবগী মরিদা বৃতিশনা খাবৈ খারা শারকনবগী খুদোংচাবা লৌবকখি। ফেব্রুৱারী ২৪, ১৮২৬ তা অৱা নিংথৌগা বৃতিশকা য়ানদুনা (ত্রিতি ওফ য়ান্দাবো) অৱানা গম্ভীবসিংহবু মনিং-মখা তম্বা মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌনি হায়না ইকায়খুম্নখি। অদুগা বৃতিশনদি মণিপুরবু মখোয়গী খূবামনুদা লৈরবা লৈবাক ওইনা খনখি। জনুৱারী ৯, ১৮৩৪ দা মণিপুর নিংথৌ তান্নরমদনা মেজর গ্রান্ট অমসুং কেপটন পেম্বরতন্না কবো তম্পাক অৱাদা পিথোকখি। মথৌ নৎতনা মথৌ শারকপা বৃতিশকী মতৌসিদা মৈতৈনা পেন্নখিদে। মখোয়গী মথক্তা লমন খুমনিংবগী মৈৱাইবা হৌখি। য়ানচে সহি তৌনব, লম্ম পিথোকখিবগী নুংঙাইতবনা গম্ভীরসিংহ মহারাজ সনা হকচাং ইরেখি। অৱাবা ৱাখলনা ফুনকৎলক্কুনা থমোয়গী লায়না চেনখি। সংসার থাদোকখি।

## পোলিটিকেল এজেন্ত লৈরকপা

'ফম্বা চল্লগা হিপ্পা চল্লি' হায়নবগুম বৃতিশনা মণিপুর পুরা খুদুম চনশিন্দুনা মখোয়গী লৈঙাক সাসন মনুংদা পুরক্কবা তপ্পা তপ্পা থৌরাং পায়খৎলকখি। অহানবদা, বৃতিশ অমসুং মণিপুর অনিগী মরক্তা ইচম-চম্মা মরূপ মপাং ওইনা তাথোক-তাশিন তৌনবা থৌরাং ওইনা লৈনরম্বদগী লমদমসিগী নিংথৌমচাশিং মরক্তা মত তিন্নদবা, য়েংথিনবা, নিংথৌ ওইনিংবগী কল্লক -মীহৌনবশিংগী খুদোংচাবা লৌরগা সাহেবশিংনা মখোয়গী লোইলম লৈঙাক শন্দোকনবগী অপাম্বা, খূজিল-থৌরাং পূন্নমক অসুম অসুম পাকথোক চাওথোরকখি। ময়েক লারকখি। খোঙফম চেৎলকখি। মণিপুরগী লমগী ঙমখৈ, লৈঙাক লোন্দা মখোয়গী খূৎ হেন্না থিংজিল্লকখি। লমদমসিগী নিংথৌ, অঙম-অথৌশিংদা হায়জ চৎচদুনা মণিপুরদা বৃতিশ পোলিটিকেল এজেন্ত থম্নবা হোৎনরকখি। মৈদিংঙু গম্ভীরসিংগী মচাইবুংঙো চন্দ্রকীর্ত্তিনা (নিংথেম পিশক) অঙাং ওইমনদুনা মতোন ইবুংঙো নরসিংহনা লৈবাক ঙাকপগী থবক পূন্নমক পুই। মতমসিদা (১৮৩৫) নরসিংহগা লুনা চান্না তিন্নবা জ্জ গোরদন্না মণিপুরগী অহানবা পোলিটিকেল এজেন্ত ওই। নিংথৌগী লৈঙাক সাসন্দা সাহেবশিংনা হাকথেংননা খূৎ থিংজিল্লকখি। অসুম্না ১৮৩৫ দগী ১৯৪৭ ফাওবদা মণিপুরদা পোলিটিকেল এজেন্ত ৩১ লৈখি। মখোয়গী মরক্তা খরদি চহি খরা ওইরম্লগা অমুক তোকখিবা অদুগা কোন্না অমুক ওইরকপা য়াওরি।

## চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মচাশিং

চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী লৈমা তরুক্কী মচাইবুংঙো তরানি ঃ

- অঙোম চনু লোকেশ্বরীনা সুরচন্দ্র, থম্বৌসনা (কেশ্বরজীৎ), পাকাসনা অমসুং গোপালসনা পোকই।
- চোংথাম চনু লোকেশ্বরীনা কুল্লচন্দ্র, গন্ধরসিং পোকই।
- চোংথাম চনু কৌশেশ্বরীনা টিকেন্দ্রজিৎ পোকই।
- ওইনাম চনু থৌরানীনা ফৈজাওবা (ঝলকীর্ত্তি) পোকই। নৌনা লৈখিদে।

– হাওবম চনু রূপবতীনা অঙৌসনা পোকই।

– অকোইজম চনু খন্দালেখীনা জিলাঙম্বা পোকই।

চন্দ্রকীর্ত্তি থুপশ্লবদা মচা অহল সুরচন্দ্রনা মে ২০, ১৮৮৬ শগোলশেল নুমিৎতা নিংথৌ ওই। কুলচন্দ্রবুনা যুবরাজ হাপ্পী। করি করম্বা পূংফমদা নিংথৌ ওইরুবনো, মহাক্না ফম্বাল কাবগী হরাও তয়াম্বা ফোঙদোকনরিঙৈ চরাংনবা মরক্তা নরসিং মহারাজনা পোকপা মতোল ইবুংঙো য়াইস্কুললাকপা বোরাচাওবনা লান হৌরকখি। নিংথৌ খুভম মুন্নবা থৌরাং তৌরকখি। বোরাচাওবগী মীৎলৈ-নারৈ খঙলবা সুরচন্দ্রনা লানহৌনবগী থৌরাংদু মতম চানা নমশিনখি। মনা-মনিল নাইহনখিদে।

সুরচন্দ্রনা নিংথৌ ওইবগী মরুমদা ঙকচাও থেকপা, থোইচৎ ব্রাংচৎনবা পাকাসনানা কুসি-রাসি তৌরকখি। মহাক্কী মতৌসি মীয়াম্না খঙন-উন্নরগসু ফোঙদোকপা ঙমনদনা ব্রানা খাঙনখি। পাকাসনাগী কাহেনবা থবকশিংদা পোকমিন্নদবা টিকেন্দ্রজিৎনা তুমিন্না খাঙবা ঙমখিদে। খুতুম শিংনা, মখা ক্রক-ক্রক চিকখি। হৌজ থেংখাঙ কয়াদা উনা-উনা উশিন্নদনা, তানা-তানা তাশিন্নদনা লৈরম্বদগী চোকথরবা নিংথৌমচাশিংগী মরক্তা মৈরীক্তগী মৈজাউ ওইরকখি। কোনুং তুম্না, কাঙখুল মুৎনা মৈচাক্রবা মৈহৌরকখি। সুরচন্দ্রগা পোকমিন্নবা মচিন-মনাওশিংগা অতৈ পোকমিন্নদবা মচিন-মনাওশিংগা খাইবুং খাইবুং তানরকখি। থৌদোক অমদা – কৈরাও ব্রাঙখেমদা কবোকলৈ কৌবী অমা কৈনা শোকখি, মীশাচাবা কৈজাওদু হাৎলগা শামুশানিংদা পাঙতিংলগা বাজাই-বেঙ্গুল খোংদুনা পোরকউ হায়দুনা নিংথৌনা মনাও অতোম্বা জীলাঙম্বদা শিন্নখি। জীলাঙম্বনা নিংথৌগী অপাম্বা অদুমক থবক ওইনা পাঙথোক্লগা হল্লকপদা কল্লক-কনজাওবা, মীগী য়াইফবা, মায়পাকপদা খাঙবা ঙমদবা পাকাসনানা থিংলুবদগী মচিন মনাও অনি খূৎ থোকনদে হায়বদা ঙায়খি। ‘হূই ঙাওরগা হূইবু থি’ পাওসি সনা কোনুং য়ৌরক্তুনা তানরক্লবদা সুরচন্দ্রনা ব্রাজখি, টিকেন্দ্রনা মখূৎ-মশা প্রোক প্রোক থেক্তুনা লমন খুমগনি ব্রাশকখি। অমরোমদা, বৃতিশকী মতেং য়াওদ্রবদি নিংথৌ খুভম চেৎপা ঙমলরোই খনবদগী সুরচন্দ্রনা থৌদোক-ব্রাথোক খুদিংমক পোলিটিকেল এজেন্ট মি: গ্রীমউদকা হেক হেক ব্রাতানৈ। লৈবাক্কীদা নৎতনা

ইমুং-মনুংগী খন্না-নৈনবদা বৃতিশশিং য়াওহনবা হায়বসি টিকেন্দ্রজিৎকীদি অশাওবীনি[২]। মহাক খাঙবা ঙমলক্ত্রে। পাকাসনাগী মরালশিং উৎনা-ব্রাইনা খুন্নিবা নিংথৌগী মথক্তা লমন খুমনিংবগী মৈরী হেন্না মশক থোকলক্কুনা ইং ১৮৯০, সেপতেম্বর ২১ দা অঙৌম্না, জীলাঙম্বগা লোন্না ব্রাতানদুনা লমন খুম্নবগী অরোলবা লানলোঙ শিন্নখি। মচিন মনাওগী ব্রাতানবদু য়াওনিংদদুনা কুল্লাচন্দ্রদি নম্বোলদা লেংখি[৩]। নুমিৎতুগী অহিংদা অঙৌসনা, জীলাঙম্বনা মনাইশিংগা লোইননা কৈরাক থাদুনা চেকপল কারগা কোনুংদা নোংমৈ কাপশিনখি। টিকেন্দ্রনা লান হৌরক্লে খন্দুনা সুরচন্দ্র মহারাজ পোলিটিকেল এজেন্তকী লৈফমদা চংজফম লৌখি। সেপতেম্বর ২৩ দা সুরচন্দ্রনা নিংথৌ ওইররোই, বৃন্দাবন্দা লাই নিংলুরনি চৎখি[৪]। অদুবু মহাক্লা কলকটা য়ৌরগা ওক্তোবরগী ১৪, ১৮৯০ দা বৃতিশকী ভাইসরোইদা 'মহাকপু নিংথৌ ওইবদগী তাম্থোকপীরে, অমুক হন্না নিংথৌ ওইহনবীয়ু' ব্রাকৎখি। মতমসিদা সনা বোরাচাওবগী লালহৌগা মবি লৈননা বন্দি ওইরিবা কাজাউ ফিঙাঙবু টিকেন্দ্রজীৎনা জেলদগী থাদোকই [৫]। জামাদার হাপতুনা মাগা হকচিন্না নকশিন্নবা মীশক ওইখি।

---

(২) টিকেন্দ্রজিৎনা নিংথৌমচা ওইনা বৃতিশশিংবু মীৎ নাবগুম পুখ্রম্বা কাজাউনসু কোনুং খনবা অমা ওইনা বৃতিশশিংবু পেনখিদে। মতমসি পুখ্রম্বা কাজাউ বোবাচাওবগী লান য়াওকন্বগী জেলদা লৈ। জেলদা লৈবিঙৈদা সাহেবশিংগী মায়োক্তা থবক তৌনিংবগী ব্রাখল হেন্না পাকথোক চাওথোকখি।

(৩) মৈতৈ নিংথৌবোল, লমায - ১৪১।

(৪) ২৩/৯/১৮৯০, লাংবনগী মপালনি পানবা লৈবাকপোকপদা কুলচন্দ্রনা নিংথৌ ওই – **চৈথারোল কুম্বাবা**, লমায় - ৪৮১।

(৫) ২শুবা চেহাপ।



অনিশুবা

## কাজাউ ঃ খুঙ্গংগী পুন্সি

পুখ্রম্বা কাজাউ          পুখ্রম্বা কাজাউ মেমোরিয়েল কমিটি।

পুৰারীগী তাঙ্কক তাঙ্ককশিংদা মরৈবাক মজাতিগীদমক্তা থাৱাই থাদোকপা হালেঙদবা মৈতৈ লৈমাগী মপারী মমোম কয়া য়াওখি। য়েক্লবা অৱাগী খূৎতগী মণিপুরগী নিংখাতম্বা হনজিন্নবগী থৌরাংদা গম্ভীরসিং, নরসিং, হেরাচন্দ্রনচিংবগী মথৌনা মরিংজেল শিংথানৈ। মখোয়গী তৌগে খনবা থবক্তা নিঙহন্নদবা ৱাখল-থৌনা শকনরি, শোন্নরি। পারী-পুরীগী লিকলম কায়রক্তবা, নাৎকি চৎনরোল তেক্তা-কায়দনা লৈহৌনবগীদমক্তা নিংথৌগী চৈরাকফাও তুংওইনখিবা লাঙ্গোল লুখোইগুম্বা মাইচৌনা মশাগী পুন্সি কৎথোকপদা হালেংখিদে। পৃথিবী অপুম্বা জয় তৌরকপগী ময়ায় কারবা, লাকওম ফাঙমদ্রবা বৃতিশশিংগা মায়োকনবদা মৈতৈ লৈমগী থৌনা ফবা মচা কয়ানা নিংহন্নখিদে। ১৮৯১ গী মণিপুরগী নিংখাতম্বগী অরোইবা হাকথেংনবা লানফমদা পাওনা ব্রজবাশী, চিংলেনসনা কযানা থৱাই কৎখি। শহীদ ওইখি। লান লোইরবা তুংদা মখোয়গী মায়োক্তা লেপ্পগীদমক্তা পুখ্রম্বা কাজাউ, নিরঞ্জন সুবেদার, টিকেন্দ্রজিৎ, থাঙ্গাল জেনরেল, চিরাই নাগা মঙাবু মথং-মথং ফাঁসিগী চৈরাক পিখি। অদুগা, কুলচন্দ্রা য়াওনা নিংথৌ মচা, অকল-অথৌ ফমনাইবা কুননিথোয়না অরাপ্পা মীরৈবাক্তা লোই থাখি(৬)।

মণিপুরগী পুৱারীদা টিকেন্দ্রজিৎ, অদুগা থাঙ্গাল জেনরেলগী মফম চাওনা কল্লি। মখোয়গী ৱারী, মরৈবাকনিংবগী মতিক-মগুন ঐখোয়গী লুদা-তোংদা

(৬) ১বা চেহাপ।

পক্কুনা লৈ। চারোল শুরোলশিংদসু কাওনররোই। অদুগা মখোয় অনিদা শিরিবা মরালগুম্না অহকপা চৈরাক ফংখিবা পুখ্রম্বা কাজাউ, নিরঞ্জন সুবেদার, চিরাই নাগা অহুমদি ?

## পুখ্রম্বা কাজাউ / ফিঙাঙ

বৃতিশকী লোইলম সাসনগী মায়োক্তা থৌনাফনা লেপখিবা ইতিহাসকী অথোয়বাশিংগী মরক্তা পুখ্রম্বা কাজাউ থোইদোক্না নিংশিংনিঙাইনি। মহাক পুখ্রম্বা চাওবা/পাথৌ[৭] অদুগা নিংথৌজম নিঙোল থরোগী অচঙবা মপারীনি। অপিকপা চীংলৈবাক অমগী অচম্বা সিফাই অমা ওইরবসু মাগী থৌনা লিংজেন্দী পূম্নমক্না তমজনিঙাইনি। ইতিহাসতা মরৈবাকনিংবশিংগী মশক থানরকপদা মাদি য়াম্না মাঙজীন থাফম থোকই। মালেম শিনবা থুংনা থক-থক নিকপমখৈ কিনববা বৃতিশ ওফিসাব অমবু মীযাম মাংদা হাৎলুবগী ফল করি ওইবক্কনি খঙলবা মহাক্না মিঃ গ্রিমউদবু তানা থিনবসি থৌনাফবগী



কাঙমোংদা কাজাউনা লৈরম্বা পুখ্রম্বম ইঙোল (হৌজিক থৌচোম থম্বৌ মচাগী মচা মশু অদুগা বামোনগী য়ুম লৈ।) কোটো ঃ অইবা

লেংদ্রবা, মরৈবাক নুংশিবগী ময়েক লাববা খুদম্নি। বৃতিশশিংবু ফনমক শিক্তি লৈদুনসু মরৈবাক্কীদমক্তা শিবা কিদনা করি অমতা থৌশাখিদবা অথোযবা নুপানি – পুখ্রম্বা কাজাউ।

সাহেবশিংনা টিকেন্দ্রজিৎ ফানবগী অবোনবা শরৌদা, মার্চ ২৪, ১৮৯১ গী অঙনবা অয়ুক মীপুম খুদিংনা তুম্না-হিপ্নরিঙৈদা নোংমৈ কাপশিন্দুনা প্রজ কয়াগী পুন্সি মাঙহনখিবা, অৱা-অনা নংহনবদা মাগী হেক হকথেংনবা ইমুং-মনুং, মবি-

(৭) কাজাওগী মপাগী মীং পাথৌসু কৌই – সিনামচা হেবামনি।

মতা কনামতা য়াওখিদে ; অদুবু মরি-মখোঙ করিমতা খঙহন্দনা মখোয়না পাম্বা মীশক অমা ফানবগীদমক্তা য়ুমলক্তা নোংমৈ কাপ্পা, লান হৌদুনা মীশি মীনা থোকহনবদি ব্রাখল লৈরবা সাহেবশিংগী ব্রাখল লিংদবা মতৌনি হায়না কাজাউনা চেৎনা থাজ্জে। মখোয়দা পারা অমা তম্বীগনি চপ য়ুংনা লেপখি। মসিমক্তনা মহাক্না গ্রিমউদপু করিমতা হালেংদনা হাৎপা ঙমখিবনি।

মৈতৈ লৈমগী তাঙলবা পারিসি কাঙমোং হায়নবা খুন্দা পোকখি[৮]। মফমসি থাইনদগী খুন্দা অহানবা মফমশিংগী মনুংদা অমনি থাজনৈ। লমদমসিবু 'কাঙমোং' কৌনখিবগী মরমদা **নিংথৌ কাঙবরোল** কৌবা লাইরিক্না হায় ঃ

*হয়া হে লিক্নাইও, ইপুংথৌ নোংথৌরেল পুমাপা-ও, নহাকপু ইখূৎ ১০ মানা খুরুম্না ইজরক্কে তাথিবীগনো হৌজিক হযিচক্কী— নিংথৌ কাঙবগী ব্রারোলবু হায়জবক্কে। লাইগা মীগা তাইনবদা পানখিবা নিংথৌনে। কুমশিং লখা তরানিপাল শুবদা নিংথৌ ওইএ। শিনবি - লৈহৌ নিংথৌ চনুনা পোকপা তাংজা লিলহা পাখংবনা য়েনবা নিংথৌনে। কৌব্রুগী সুরুং লৈখুননুংদা পোকএ। লৈমদি চেংলৈ চনু লললৈমনা য়েনবী নোংপোক নারংসুচানা সনা লাই হুইথবীনে। কোলোয় মমিংথোনদি লৈমা তাবিৎনু মিংহন্না নিংথৌ কাঙখল ওইনা পাল্লমএ। নিংথৌ লৈমা অনিমানা পাল্লম্বা মফমদি কাংঙাম্লুংদনে। নিংথৌ কাঙবনা পাল্লমএ হায়বগী কাংঙপুংও তৌনা কৌএ।*

অসুন্না খৃষ্টগী মমাং চহি লিশিং মমাংদা যাম্না খুকন পাঙ্গলনা, হৈথোয শিংথোযনা পাল্লম্বা নিংথৌ কাঙবনি, মহাক্কী কোনুং মফমনি— কাঙমোং কৌনখিবনি হায়না থাজনৈ। নিংথৌসিগী মচানুপা মপল পোকলম্মী, লমদম চাইনা চাইনা লৈনখিদুনা মীওই ফুরুপ কয়াগী মপী-মপা ওইনখিসু থাজনৈ। নিংথৌ কাঙবনা লাইনিংথৌ সনামহিবু অথোযবা লাই ওইনা লাৎলম্মী। **নিংথৌ কাঙবা** লাইরিক্না অমুকসু হায় ঃ

*নিংথৌনা লৈবাক মীয়াম্বু পূক্লিং চুপ্পা যাথং লেপ্পবগীদমক লাইনিংথৌ সনামহিবু নুঙগী লাইশক মওং শেম্না শাহল্লগা চীংদোন্দা লাইযিম শাদুনা লাৎখিএ। লৈবাক্কী অচুম-*

(৮) হৌজিক খুনসি ইম্ফাল ৱেষ্টকী কোম্বৌজম কেন্দ্রনি। মীকোক ৩০০০ হেন্না লৈবা অচৌবা খুননি। কাঙমোং লাঙ্গোলজম, কাঙমোং মাইসনাম অদুগা কাঙমোং তোংব্রম হায়না লৈকায খায়দোকই। লৈমখোং তুরেলগী (নম্বোল তুরেলগী মশা অমা) নাক-য়েৎতা খুন্দাবা মফম ওইবনা লৈহাও চেল্লি, ফৌথোক-চাথোক মরাং কায়।

*অরাল থোক্লবদা লাইনিংথৌগী মমাং শংশংবদা ফিরাল য়ুংহল্লগা খুৎথিন্না চাংদম য়েংনৈএ। ফিরালনা য়ুংবগা খমকোল মালং অয়াঙবনা কন্না শিংলকএ। ফিরালনা তুদরিমখৈ শিংলে। তুবা ফিরালনা অরানবনে, চুমদবনে খঙনৈএ। অদুগীদ মপু লমলেন ৱারোইচীংও তৌনা কৌনৈএ।*

নিংথৌ কাঙবনা শগোল কাংজৈ শান্নবসু হৌদোকখি হায়নসু ৱারীনৈ। নিংথৌ কাঙবা, কাঙমোং অমসুং পুম্নম্বা কাজাউগী মরমদা হায়নরিবা খরা ঃ

*শগোল কাঙজৈ শান্নবগী নিয়ম খরা লাইয়িংথৌ খাগেম্বগী মতমদা হৌদোকখিবনি (মসি পানা কাঙজৈ ওইরমগনি)। শগোল কাঙজৈ অহানবা হৌখিবদি নোংদা লাইরেন পাখংবগী আ মমাঙদগীনি। কাঙজৈরোন কৌবা পুয়াদগী খঙবদি শগোল কাংজৈ শান্নবসি নিংথৌ কাঙবগী হাক্তক্তগী হৌখি। "নিংথৌ কাংবনা হয়েং ইনুং শোয়রবগা ইদাইরেম পাথৌ পূম্নমা য়াঙ্গোই শায়াঙথক্তা ফম্না লীচৈ তোরান হাইনা মুন্না থেঙ্গু মতুম তানা নাইনু পাঞ্জন তানসে হায়ববদা... নিংথৌ কাংবা কোল্লোয় মখিংথোনগী মৈনা ৱায়না চৈবু কাঙচৈ-ও থোন্নৈএ। হুন্ন মতুম্বু কাঙক্রম ও কৌনা থোন্নরে।"* — **চৈথারোন কুম্বাবা** (লমায ৩৩)।

*.... শগোল কাঙজৈ শান্নদ্রিগৈ নিংথৌ কাঙবগী হাতক্তা খোঙ কাঙজৈ হান্না শান্নখি।*

— ৱাংখৈমযুম বুধ (১৯৯২), Ph.D. Thesis.

কাঙমোং অমসুং কাজাউগী মরমদা কান্নবা ৱারী লীবীরকপা অহল অহুম।



থোকচোম সর্বর্ব সিং



সিনামচা হেরামনি



চিরোম ইবোতোন

*....নিংথৌ কাঙবনা ৱাবোইচীংদা লাৎলিবা সনামহীদা (হৌজিক ৱারোইচীং মহাদেব হায়নরে) হৈকৎ-লৈকৎ তৌবা চৎনরম্বা লক্ষ্মীবু কাঙলম হায়না খঙনরি* — ঙাঙোম নেত্রজিৎ (কাঙমোংগী অহল অমা)।

*....পুম্নম্বা কাজাউনা অহানবা লৈরম্লদি কাঙমোং লাঙ্গোলজমগী হৌজিক হৌজিকমক থোকচোম থম্বৌমচানা লৈনরিবা ইঙ্খোল, পাটা নম্বর ৩৭০, দাগ নম্বর ১৫১৩ অসিদনি।* — থোকচোম সবর্ব সিংহ, চহি ৮৮ (কাঙমোং)।

*.... পুখ্রম্বা কাজাউ হায়নবদগী পুখ্রম্বা ফিঙাঙ হায়নবনা হেন্না খঙনৈ হায়না ঐবু পোকপীরম্বা অহলনা তাকপীরম্মী। মহাক কাঙমোং লাঙ্গোলজমদা পোকখি অদুগা মমাগী মপাম ময়ুম কাঙমোং মাইস্নাম মমাং লৈকায়দা লৈ। সাহেবশিংনা মাবু হাংলবা তুংদা মফমসিদা পোংলোইখি।* — ঙাঙোম নেত্রজিৎ, চহি ৭৫ (কাঙমোং)।

*....কাঙমোং লাঙ্গোলজমগী উমংলাইগী খুভম, সিফাই হরাওফমসি অদুডৈ, কোনুং খনবা সিফাইশিংনা হরাওরম্মী। কাজাউসু নিংথৌগী সিফাই অমা ওইনা হবাওবগী থৌরম, থোইদোক হেন্দোক্লা মুক্লা-কাংজৈদা য়াম্না থৱাই য়াওখি।* — লাইরেঞ্জম ইবোপীশক (কাঙমোং তোংব্রম)।

*....অচোইবা মোইরাংনিংথৌবু ইনিংথৌনা (গম্ভীরসিং নি হায়) লুনা-চান্না তৌই। কাঙমোংদা লৈগে হায়বদগী নিংথৌনা লৌচা-শীংচা মরাং কায়না পিরগা লৈহনখি। কোনুং খনবশিংনা মঙোন্দা হায়জদুনা ইঙা থা লৌউ-শিংউবা মতমদা সিফাই হরাওই। মতমসিদা মখোয় অমতা লাম্লুপ পুদে, য়ুম য়ুমদা লৈরগা লৌ উই।* — থৌনাওজম ইবোহল (কাঙমোং লাঙ্গোলজম)।

*....য়ুবরাজবু নিংজবা কাজাউ কৌবা নুপা অমনা পোলিটিকেল এজেন্ত, মি: গ্রিমউদপু তানা খিন্দুনা হাংখি।* — থোকচোম ফলেন্দ্রা (১৯৭৯)।

*....অদুডৈ, মীগা লাইগা শম্নরিডৈ, ইবমদমসিদা পানখি ব্রারীনরিবা, ইজাতিসিদা কাংজৈ কাংহু খুদোনবীরম্বনি হায়নরিবা নিংথৌ কাঙবগী কোনুং ওইরম্বা মফমনি। — কাঙমোং।* — সনাথোঙ (১৯৯৯)।

*....Kajao alias Pukhramba Phingang, son of Chaoba Singh of Kangmong aged 35 joined Borachouba Singh son of Maharaja Nara Singh in the rebellion against Maharaja Surachandra in 1886 and was in the jail – Sorojini (1990)*

*.... পুখ্রম্বা কাজাউ (ফিঙাঙ) কাঙমোংদা পোকখি। অপোকপগী মীংনা চাওবা কৌই।* — সরাংথেম বরমনি (২০০১)।

*....কনা লৈজদ্রবী লুখ্রবী চোম্বা মমা-মচাবু কাজাউনা লুনা তৌই। চোম্ববু মচাগুম্না খল্লি। চোম্বনা কোঞ্জেংবম অঙাংজাও কৌবা অমা য়োকই। অঙাংজাওনা অমুম পেবম মচা অমাগা সেবাম মচা অমগা য়োকই। পুখ্রম্বা কাজাউদি ফিঙাঙ শেংপা হায়রগা খঙনৈ। মহাক কোনুংদা লৈ। শিরগা কোনুংগী সিফাইশিংনা শগাই থৱেম্না থুম্লকই। কাঙমোং মমাং লৈকায়দা থমল্লম্মী।* — থৌনাওজম ইবোহল (কাঙমোং লাঙ্গোনজম)।

## কাজাউ পোকপগী চহি

পুখ্রম্বা কাজাউ পোকপগী চপচাবা চহি খঙনদ্রে। লমদমসিগী ইতিহাস ইবাশিংনা পুব্বারীগী অসুক মরু ওইখ্রবা মীসিবু নাথৈবীরম্লে। মীরোল অমা/অনি লাল্লক্লবা মাগী শাগৈ নাতৈনসু হায়বা ঙমনদ্রে। মতমসিদা ফংনরিবা রেকোর্দকী মতুংইন্না ১৮৯১ দা মহাকনা মি: গ্রিমউদ হাৎপগী বিচার রাইদা মশাগী চহি ৩৫ হায়না ইরি। বরমনিগী **মৈতৈ নিংথৌরোল** (২০০১) লাইরিক্তা "চহি ৩৫ শুরবা অথৌবা অসি খৃষ্টাব্দ ১৮৯০ সেপ্তেম্বর থাদা টিকেন্দ্রাজিৎনা জেলদগী থাদোক্লগা..." হায়না ইরি। পূম্নমকসি য়েংলগা কাজাউ পোকপা চহিসি ১৮৫৫ নৎত্রগা ১৮৫৬ অসিব্রাইদা ওইগনি। সরোজিনীগী Manipur Who is Who, 1891(১৯৯০) লাইরিক্তা - চহি ৩৫ শুরবা কাজাউনা ১৮৮৬ তা মহরাজ সুরচন্দ্রগী মায়োক্তা বোরাচাওবগী লাল য়াওই হায়। মাগী চহি ৩৫ অসি মতমসিগী ওইরগদি কাজাউ ১৮৫১ অদুব্রাইদা পোক্কনি। অদুবু লাইরিকসিগী চহিসি বিচারদা পল্লিবাদু লৌরকপা মাল্লি। পূম্নমকসি য়েংলগা ১৮৫৫-১৮৯১ না কাজাউগী পুন্সি।

## কাজাউনা অঙাং ওইরিবৈ

পুখ্রম্বা কাজাউগী মচিন-মনাও তরুক্কী মনুংদা মহাক্না অনিশুবনি (হেরামনি, ২০০৩)। অঙাংদি নিংথাদা খঙই হায়নবগুম্না মহাক্কী অঙাং ওইরিবৈগী শওং-শাদা, মীৎয়েং-নায়েং, লমচৎ-শাজৎ, তৌথোরকপা থবক্না তুংদা ওইরক্কদৌরিবা পুন্সিগী মমী ময়েক শেংনা তাই। মহাক মীওই মীতৌ ফৈ, ব্রাং-চাওই। মহাক্না চানিংবা, থকনিংবা, তৌনিংবা অদুনা হেক ফংদ্রিফাওবা কপ্পী, নিঙাই তৌই। মতৌসিদা মপা-মমা, লৈকায়না 'পুকচাউ-কাজাউ' হায়না লক্লবদগী মশাগী মমীং ওইখি। পুখ্রম্বা কাজাউ হায়না খঙনখি (কাঙমোংদদি মহাকপু পুখ্রম্বা ফিঙাঙ হায়বনা হেন্না খঙনৈসু হায়)। অঙাং ওইরিবৈদা চাবা ফবগী মতিক নোয় পেল্লি। মশুং মমান্নবা চহি লেঙ্গা মরক্তা মহাক্না থোইদোক হেন্দোক্না মশা-মউ ফৈ। পুংকক চাওরক্কুনা শাঞ্জেন শনঙাক চৎমিন্নবশিংগী মরক্তা মহাক্না মকোক, লুচিংবা ওই। মহাক্না হাযবা মতুংইন্না নুমিৎতুগী শনজেলফম লেপ্পী। মীনা কিনবা, চংনদবা মফমদা মহাক করিসু থোইদোক্তে।

মহৌশাদি খুনগী শাবল, চীংখোঙ চীংয়াশিং য়াম্না শোঙলম্মী। উ-ব্রা মরাং কায়না নারক মোংশোঙ য়াম্না লৈ। মখল মখা উরী, কাঙখিল মরিনা কোইশন শন্দোক্লুনা উ অমদগী অমদা য়েৎশিন্দুনা ইশুক শুকই। নুংথিলদা নুংশিৎ নুংশা ফাওবা ফজনা ফংদনা ইমম মম্বা মফম য়াওই। অসিগুম্বা মফমদা তোকপা, কৈজেংলাং, লমহূই, লমহৌদোং, মোইরাংশাথিবীশিং লৈ। ব্রাবা, ব্রাক্রেক, লময়েনশিং মরাং কায়। অসিগুম্বা মফমসি মীনা কিনৈ। কয়া চংনদে। কাজাউগীদি অকিবা হায়বদু পোকপদগী য়াওরক্তে। মীনা কিন্নবা মফমদা শন শেন্নবা হোৎনৈ। মহাক্না হায় – "মী চংদবা মফমদা শন-ইরোইনা পামজবা শজিক মরাং কায়রমগনি। মপুক কায়বমখৈ চাজসনু।" মপুক চাওবা মী অমনা শা-শনফাওবা পিজনিংবা মতৌনি। কাজাউনা শনশিংবু নারক্তা হোইজিল্লগা নুমিৎতুমা শন করিমতা থৎনদনা নুংঙাইনা পোৎথারগা নৎত্রগা শান্নদুনা লৈ। কাঙখিল উরিদা তোংলগা থৌরী-পান্দোং হায়দুনা লৈ। মুরুমকোম্বী শান্নে। শা-উচেকশিংগী মতৌ তমদুনা লৈবসু কোঙ্গাইনি। হৌজ-থেংখাঙ কয়াদা কাজাউনা শন শেনমিন্নরিবা মশুং মমান্নবা নৎত্রগা ময়াম্বা মতোনশিং তাকলমদনা তুমিন চৎখি। থিরুবদা শা-কৈগী লম্বী, ঈশিং থককম – তু-খোঙ, লোকনুঙ, তুবেলদা ব্রাইখু ফাদুনা লৈরম্মী।

কাজাউ য়াওদবা নুমিৎতা শঞ্জেনলোয়শিংনা নারক্তা শন চংখিদনবা কন্না হোৎনৈ। নুংশা মরক্তা কোইচেন চেন্দুনা শন থৎনৈ। করিগুম্বা নুমিৎতা খঙ হৌ-উ হৌদবদগী অশোঙবা নরক্তা শন চংখিবা য়াওই। অসিগুম্বা নুমিৎতুগী নুমিদাং শনকানরমদাইদা ব্রাজাও মচা অমা হেক হেক থোকই। কনানা শন তাম্থোকলুনি ? মশা মতোমদা থোল্লকপা ঙাইনৈ। শনশিংগী মরক্তা লমহেন তুহেনবা, ময়ুম কানিংদবা য়াওই। মমান্নবশিংনা উমংদগী মপান থোকখ্রবসু



কাঙলোং খুন্নক ফাওনা চেন্নিবা লৈমাখোং তুরেল (২০০৩ তা কাঙলোং মাইস্নাম লৈকাইদা ওইরিবা তুরেলগী শকল) ফোতো : অইবা।

মখোয়না ওৎলৈ পারে তৌনা চিৎথহৌই। শঞ্জেল্লোই খুদিমক্লা মা-মাগী শনশক থিনরকপদা ৱাৎহৌবা অদুগী মপুনা উমং চংলগা হোইদোকলুবা তাই। অদুবু মখোয় মনুং চংলুবা কি – লমহূইনা ময়ুং চায়শিল্লক্কনি, লাওড্রাওবিনা ফী মুলহৌগনি, শবৌনা মতু কাপলক্কনি – থজনবা কয়া কয়ানি। কাজাউ য়াওবা নুমিৎতদি মখোয় করিমতা ৱানদে। শনশিংনা চানিংবা মফম খনসনু, চংনিংব উমং চংসনু। মখোয়গীদমক্তা কাজাউ লৈ মমান্নবশিংগী মহুৎতা কাজাউনা উমং চংলগা শন তাম্থোকলুই, অদুগা হায় –"হয়েং ঐনা থৎকদৌবা শন নংনা থৎকদৌনি।" মমান্নবশিংসু য়াই। উমং মনুংদা শা-কৈ থেংনরুদৌবগী শরুক নুংশাদা শন থৎপনা শুরুক চামা হেন্না ফৈ।

অঙাং ওইরিবৈঙদগী কাজাউ মমান্নবশিংনা লাকচবা য়ারক্তে। নোংমা মখোয়গী শঞ্জেনফমদগী ইরাপ লাপতনা থবা কোকপা মফম অমদা অতোপ্পা কাংবু অমসু শন শেল্লি। মাগী শনলুপতগী লমচা অঙাওবা অমা অতোপ্পগীদা চংলুই। মখোয় কনা অমতা খঙহৌ উহৌদ্রে। লমচাদুনা অতোপ্পগী শনশিং ৱাইকুবদগী শঞ্জেনলোইশিংনা শাওদুনা শাথিনা ফুরগা তাল্লকই। মতৌদু কাজাউগী কাংবুনা উবদুনা মখোয়গী শননি, ফুবীদনবা হায়রুই। যাদবদগী শনঞ্জেলোই কাঙব্ অনিদু ওনশিন্নদুনা খৎনৈ। চিন্না ঙাংনবম্নদগী খূৎ থোকনৈ। কাজাউনা মমান্নবশিং খাপ্পগা মহাক মতোমতগা অতোপ্পা শঞ্জেল্লোইশিংগা ফুনৈ - "শন লমচাসিদা থম্লিবা দাগশিংগা মান্না নখোয়গী নশাদসু ফুগনি হায়দুনা শাজৈনা তান্ন-তান্না ফুই। ঈহিং নাইহিং শাহনখি। নুমিদাংৱাইদা শঞ্জেল্লোইশিংগী মমা মপানা পাহোম্বা লাকই। কাজাউনা হায় – "ঐখোয়গী শনদা মখোয়না ফুরকপনি।" মখোয় ইমুংগী মী ঙাক্তা ঙায়হৌবা তুংদা মমানা –"ইবুংঙো নংবু নমান্নবশিংগা ফুনা-চৈনবা খিক তোকলোবা।"

## থাং-তা ভম্বা

কাজাউনা পিল্লিবৈঙদগী শান্ন-খোৎনবদা থৱাই য়াওরকই। ৱাচেৎনা থাং, তা শারগা 'থাং হাইরিবনি, তা খৌশারিবনি' হায়না মতোমতা শান্নৈ। মাগী মতৌসিদা মপা চাওবনা তা অমনবা অমা পুরক্লগা মঙোন্দা পি। তাদু ফংবদা হরাওবনা চাবা-থকপা কাওখি। তাদু নুঙদা ফেঙদুনা, য়েনশিলনা তক্কুনা ইরং

লংহল্লি। লফু মতুপ অমা শুমাংদা য়ুংলগা খূৎ চুম্না তা লংবা, থিনবা তম্মী। মাগী মতৌ উরগা থাং-তাগী মরমদা খঙবা খুলগী অহলশিংনা নুংশি। মা-মানা খঙবা তাগী মহৈ, খোঙকাপ খোঙথাং তাকপী, তম্বী। নিংথৌজম ইবোমচানা[৯] থাং-তাদা খঙহৈবা পূন্নমকসু তাকপি। চিংঙাখম্বা পন্দিত হায়নবা তিনপু লাইপুবা নিপা অমদগীসু মহাক্না থাং-তাগী মহৈ ফংখি। অদুবু কাজাউগী পুক্নিদা কনাগুম্বা ওঝা গুরু অমদা অতমন্না বর-দক্ষিনা কৎতুনা খূৎশূ খূৎলাই তমখিদে, মাগীদি থাং তাদা হৈথোয় শিংথোয়বা হায়বসি পোকপদগী য়াওরকপা গুননি।

অঙাং ওইরিঙৈদা মপানা পিবা তা অসিনা মপাঙ্গল মথৌনা লৈবা কাজাউগুম্বা অমগী মতিক চাদে। মাগী মপাঙ্গলগা চানবা তা অমা পাম্মী। অদুগুম্বা তা অমগী লাইনিং ওইখি। মাগী মতৌদা নুংশিদুনা চিংঙাখম্বা পন্দিতনা মহাক্কী মপা-মপুশিংনা য়াম্না চেকশিন্না, লুনা থমলম্বা তা অমা কাজাউদা পিখি [১০]। তাসি ১৮৯১ দা কাজাউনা মণিপুরগী পোলিটিকেল এজেন্ত মি: গ্রিমউদ হাৎপদা শিজিন্নখি।

মুক্না কাংজৈদা নৎতনা কাজাউনা য়ুবী লাকপীসু পাম্না শান্নে।(য়ুবী ফংদবদগী অৱাথবী অচৌবা অমনা য়ুবীগী মহুৎ শিল্লগা শান্নে)। চহি খুদিংগী খুনজা মরক্তা লারোই শীংলোই খায়দোক্লগা মুক্না-কাংজৈ, য়ুবীলাকপীনচিংবা শান্নে। করিগুম্বা মতমদা কাঙমোং পানানা নাকল নামা লেপ্লগা খুনলোলনবশিংগী মরক্তা, শিংনদুনা শান্নবসু য়াওই। মশান্না খুদিংদা কাজাউ চিৎথদে। অদুবু মাগী লেংজুমদা কাফৎকদৌবগুম্না ফল্লিবা শরু লুজাউ অনিদুগা লেংঙানরুনি খল্লুবদা মমান্নবা কনা অমতনা মাগা লম্বাননিংদে।

---

(৯) কাঙমোং মমাং লৈকায়দা নিংথৌজম ইবোমচা কৌবা অমা লৈরম্মী। মুক্না-কাংজৈ, থাং-তা হৈ। মপাঙ্গলসু কল্লি। য়াম্না শাথিবা নুপানি। মখোয়গী ইরোই মপাশা জাৎথিবা অমা লৈরম্মী। অদুবু মহাক ইবোমচা উরগদি হুইগুম তে। – থোকচোম সর্ব্ব সিংহ (কাঙমোং)।

(১০) কাজাউ মমাগা পোকমিন্নবা মম্মা-ভীম অদুগা তিল্লোগ কৌবা অনিনা নিংথৌগী পুক্কৈ-লনগৈ পান্নরিঙৈদা লৌইজিং হাওদগী (হৌজিক খোইবিবোক, নোংবুঙ হাও) শন, ইরোই শাল্লগা লৌ উই। ভীমনা শাল্লকপা শনবী অমনা মখোয়গী ইঙ্খোম চংলুই। ভীমগী নুপীনা শাওদুনা কাজাউগী তানা লংবদা শনদু থিন্দুনা শিখি। – হেরামনি (কাঙমোং)।

**চিংঙাখম্ব সনাজাউবা**

থব্রাইপানবা জীব খুদিংমক্না পোকলকপদা মপা মপুগী মতিক-মগুন চেল্লকই। অপোম্বা লৈগুম্না লোইনরকই। মতমগী মতুংইন্না অসুম অসুম চাওরকপগা ইরোইননা অকোয়বগী ফিভম কয়ানা হৈখোঙ লৈখোঙ শেংবা মালীগী শক্তম লাংদুনা মতিক-মগুনশিংদু অশাংপা লৈগুম্না মকা ফলহল্লি। পুখ্রম্বা কাজাউদা থাং-তাগী হৈথোয় শিংথোয়বা মতৌদা ধারা লিকলমগী মতিক লৈরকই সনাবু মৈ চংলগা হেন্না লংখৎলকপা অদুগুম্না শিনফমসিদা থব্রাই য়াওবা পোক্লফমগী মরূপ-মপিজা, হিরমশোমদা খঙহৈবা ওঝা গুরু কয়াগী মপান্দগী হেন্না মশক থোকহনখি। মঙাল নাইহনখি। থাইনদগী কাঙমোংদা মুক্না-কাঙজৈ, শরিৎ-শরা, থাং-তাদা থোইদোক্লা খঙ হৈবা, তিনপু লাইপুবা মীওই লৈরকই। মখোয়বু লৈবাক নিংথৌনা শকখঙনা পজেং ফিরান থেৎখিবা য়াওদ্রবসু মখোয়গী থবক্না সনা কোনুং য়ৌখিবদি কয়ানি। কোনুংদা হিরম অমা নৎত্রগা অমদা চিংঙাখম্বা সনাজাওবা, মাগী-মখুরা/মপাল চেন্নে। মখোয়গী থবক্না নিংথৌগী নাকোং শাহল্লি [১১]।

চিঙাখম্বা সনাজাওবদি তিনপু লাইপুবা মীওইনি। অদুঙৈ কাঙবা নিংথৌনা ৱাবোইচীংদা সনামহী লাৎলম্বগী অথুপা ৱাবী ৱাখোঙ, পুয়া কয়া মহাক্লা ফংখি হায়নৈ। পুয়াশিং অসিগী মপান্না মহাক্লা মীনা তৌবা ঙমদবা থবক কয়া তৌই হায়না ৱারীনরি [১২]।

---

(১১) চিংঙাখম্বা সনাজাওবা, চুবাচান্দ মহাবাজ (১৮৯১-১৯৪১) মতমগীনি, অদুগা পুখ্রম্বা কাজাউনা চন্দ্রকীর্তি সুবচন্দ্রগী (১৮৫০-১৮৯১) মতম ওইবনা কাজাউনা সনাজাওদগী হল্লমগনি।

(১২) সনাজাওবা মনা অনিদু য়াংকোকমুক পাকথোকহল্লগা মনা মথক্তা হিপ্পা, কৈ ওনবা, লম চিংশিনবা, মশা মতোমতা চৎপদা মীয়ম চৎপগুম উহনবা, খুজাই অমদা চাক থোংলগা মী কয়া পিজবা... অঙক অঙকপা থবক কয়া পাংথোকপা ঙম্মী হায়না ৱারীনৈ।

অইবনা অঙাং ওইবিঙৈগী (১৯৫৫) ৱাবী অমা নিংশিংলি। শাগৈসিগী চাওবা কৌবা মাইব পাঞ্জি অমগা ঐবু পোকপগা (শ্রী খাঙেম্বম বোকুল সিংহ) লুনা তিন্নৈ। অশংবা মতমদা মহাক ঐখোয়দা লাকই, চাক ঈশিং চাদুনা কুইনসু লৈথোকই। মানা লিবা ৱারী য়াম্না নুংঙাই। মা হেক লাকপগা ৱারী লিবীনবা মনাক্তা কোইশিল্লি। সনাজাওবগী নুংঙাই নুংঙাইবা অকিবা

সনাজাওবনা পোক্লফম কাঙমোংদগী হেন্দোক্তুনা মোইরাং, কুম্বী, ঈথায় ফাওবগী নোংচুপ চীংশাং পরেংদা খুন্দারিবা চীংমীশিংগা য়াম্না লোন্দিন্নে। মখোয়গী অব্রা-অনা নিংথৌ কোনুংগী ব্রাকৎ কয়াদা সনাজাওবনা মতেং পাংই। মসিনা নিংথৌগী নাকোং ব্রাই চিলহনখি, মাবু ফানবা খঙহনখি [১৩]।

---

ব্রবী কয়া ঐখোয়দা লিদুনা তাহল্লম্মী। মাসু সনাজাওবগী মতিক মগুনদু চেনব্রা, অওইবরা ফাগীরা, নোংমা মহাক্না – "নখোয়গী শুমাংদা কৈ অমা কুন্দুনা লৈবা উনিংব্রা ?" ঐখোয়না য়েংনিংই হায় অদুবু পাবনা য়াদে – "অঙাং অমতা মপাল-ইপাল থোকপা ঙম্লরোই" হায়না খামখি। চাওবনা –"নপানা য়াদে তোক্লগে " হায়না ক্না চাবগী ময়া ঙাকশং ঙাংনা নোকখিবদু কাওদ্রি।

(১৩)....ত্তনি ইরাইদা চিংঙাখম্বা সনাজাউবা খোংজাই ঙাওহনবা ফারকএ। – **চৈথারোল কুম্বাবা**, লমায় - ৫৮৬।

চিংঙাখম্বা সনাজাউবগী মরমদা মতমদুগী মণিপুর ষ্টেট দরবার প্রসিডেন্ট, Robert H. Henderson C.I.E হায় ..... a Manipuri named Chingakhamba Sanajaoba Singh, who professes to have supernatural powers and who lived with some disciples at Kumbi near Moirang, took a prominent part in instigating the Kukis in the hills near Moirang to break into open rebellion. He is said to have been present in 1917 at the looting of the Forest toll station at Ithai, which was obviously intended by the rebel Kukis as an overt act showing that war was declared, and there is evidence to show that he intended to lead the Kukis in an attack on Imphal about 22nd December 1917.. Chingakhamba Sanajaoba has been arrested in Burma – **Administration Report of Manipur, State for the Year 1917-1918,** Page 1.

...সনাজাউবনা খোংজাইশিং খোমজিল্লগা লালহৌই। 'খোংজাই লান' হায়না খঙনৈ। লানসিগীদমক্তা মহাকপু ফাবগা ইম্ফাল জেলদা মতম খবা থম্লম্লগা কালাপানিদা (আন্দামন নিকোবব) মপুক্সি চুপ্পা বন্দি ওইহনখি। মাগা লোইননা খোংজাই খুল ১৫ গী নিংথৌসু ফাখি। -- **হেরামনি** (২০০৩)।

## অহুমশুবা

# কাজাউনা কোনুংগী থবক্তা হকথেংনরকপা

### কোনুং কারকপা

মহৌশা মণিপুরদা 'সিফাই খুল, সিফাই লৌ' হায়না কোনুংগা হেন্না মরি নকশিন্নবা মফমশিং লৈ[১৪]। কাজাউগী পোক্লফম, কাঙমোংদা নিংথৌ খনবা আগরী সিফাই য়াম্না লৈ। কাজাউগী মমাগী মবুং-মৌপ্পা মরি শুই – লৈরেল, তিল্লোগ, ভীম অদুগা বোকুল কৌই[১৫]। তিল্লোগ অমসুং ভীমনা নিংথৌগী অচানবা মনাই ওইনা কাঙমোংদা লৈবা নিংথেমকোনগী ফৌগৈ চেঙ্গৈ পান্নে[১৬]।

কাজাউনা সনা কোনুং কারকপগী মরম অনি ওইবা য়াই। অহানবদা, কোনুং খনবা মরি-মতা, মরুওইনা তিল্লোগ অমসুং ভীমগী মপান্না কোনুংগী থবক ইনখাংশিংদা শমনবা হৌখি। সিফাই-লৌ পানবা য়াওখি। মাগী মপাঙ্গল, মথৌনাপুম্বা নিংথৌদা হনগৎতুনা হায়জবদগী কোনুং কানবগী খুদোংচাবা লম্বী

(১৪) সিফাই খুনাগী আগরী সিফাই অমনা লৌ পরি অমা খজনা থিদে। অদুগা অতৈ খুনজাশিংনা লৌ পবি অমগী চেং চেংকোক অমা (চাওরাক্লা সের ২০) খাজনা কাই। মখোয়না নুমিৎ ৪০গী মনুংদা নুমিৎ১০নি লাল্লুপ পুই। – **লাইরেনময়ুম ইবুংঙোহল সিংহ** Introduction to Manipur, (1987).

(১৫) **হেরামনি**, (২০০৩)। অদুগা থোকচোম সবর্ব সিংনা হায়বদি – নিংথৌজমগী মচিন মনাও মরিদি তিল্লোগ, ভীম, লৈরেল, ইবোমচা কৌই। তিল্লোগনা অহলনি।

(১৬) হৌজিক অরাম্বম মংলেমগী ঙায়োক ফার্ম ওইরিবা মফমসিদা নিংথৌগী ফৌগৈ চাওনা লৈবম্মী। তিল্লোগ অমসুং ভীমনা কৈসিগী ময়াদা (হৌজিক সোইবম তোম্বগী ইস্কোল ওইবি) লৈদুনা পান্নে – **হেরামনি**, (২০০৩)।

ফংখি। অনিশুবদা, কাজাওগী শান্ন-খোৎনবদা থব্রাই য়াওবা, থাং-তাদা হৈশিংবা, মপাঙ্গল-মথৌনা লৈবা, কিগনদবা মতৌদা অঙম-অথৌশিংগী পূক্লিং চিংশিনখি। মখোয়না নিংথৌগী মফমদা হনগৎখি। মহারাজনা মহাকপু কোনুং খন্নবা ইঙ্গিৎ পিখি। নুমিৎ খুদিংগী তুম্বাখোং খোঙজেলদা[১৭] কাজাউনা অয়ুক অঙনবদা কোনুংদা থুংখি।

কাজাউনা অঙাং ওইরিবৈঙেদগী অঙাঙবা মচুগী ফি পাম্মী। মাগী কুচুগা চানদবা ফিজোল উরগা মীনা লক্কববসু শাওদে। নোক্লগা হায় "ফিজোলসিনা নৎত্রবদি ঐ লৈ হায়বা কনানা খঙবীনি।" পাখঙ ফারক্কুনা ফি অঙাঙবা শেৎলগা কোনুংগী থবক যাওরকপা, থোইদোক হেন্দোক্লা মীয়ামদগী তোঙান তাবা মতৌদগী মাবু পুখ্রম্বমগী ফিঙাঙ শেৎপা নৎত্রগা পুখ্রম্না ফিঙাঙ নৎত্রগা ফিঙাঙ লান্মী হায়না খঙনখি। মহাক মশম শাংনা থাকই, তুংদা শমজি পুল্লি। অসিগুম্না মাগী শক্তম, ফিজেৎ, মখুৎতা তা অমা ইথা থানদবা মতৌনা য়েংবদা অকিবা পোকহল্লি। অঙাং কপ্পদা কাজাউগী মীং পল্লগা থেমনৈ ব্রাবীনৈ।



কাঙমোং লঙোলজমগী সিফাই হরাওফম -২০০৬ ওইরিবা শক্তম। ফোতো : অইবা।

## কাঙমোংগী সিফাই হরাওফম

কাঙমোং লাঙ্গোলজম লৈকায়দা সিফাই অদুগা খুনজোই (খুনচোয়) কৌনবা উমংলাই হরাওফমলে। লাইনিংথৌ লোইয়াবাকপা – নুংথেললৈমগী খুভমনি। সিফাই লাই হরাওফম লৈখিবগী মবমদা খুলগী অহল লমনশিংনা থাজনরিবা

(১৭) ঙক্লা চাক থোংনবা কোন্দুম অদুগা নাকলদা ঈশিং থকনবা তুম্বা যাল্লগা য়াঙনা চেনবা খোংজেলনি। য়াঙমনখিবনা তুম্বাদা নুংশিৎ চংদুনা 'হুরু-হুক' হায়বগুম্না খোঞ্জেল থোকই। অশিৎ অব্রাম্বাদা অকায়বা ব্রাদা নুংশিৎ চংলগা খোংবগুম্না তাই। খোঞ্জেলসি থোকহনবা ঙম্বা খোঙজেলবু 'তুম্বাখোং খোঙজেল' হায়নৈ – **থোকচোম সবর্ব সিংহ।**

ব্রারীগী শমলপ্পা ব্রারোলদি – অচোম মোইরাংনিংথৌ[১৮] নিংথৌগা য়ান্না চান্নে (নিংথৌগা মশেন মবাইনি/মাম্মনি হায়নবসু য়াওই)। লাইবক থিবদগী মহাক অঙৌবা পকই। ফিভমসিনা নিংথৌনা মাবু অপাম্বা লৌচা-শিংজা পিরগা লৈনিংবা মফমদা লৈরুনবা হায়খি। মোইরাংনিংথৌনা কাঙমোংদা লাকখি অদুগা হৌজিক্কি কাঙমোং লাঙ্গোনজম হায়না খঙনরিবা মফমসিদা লৌ-ইঙ্খোল চাওনা খোপতুনা লৈখি। নিংথৌদা হায়জদুনা উমংলাই খুভম অমসু য়াখি। কোনুং খনবা আগরী সিফাইশিংনা মরুওইনা শিন লাংদুনা লাইসি হরাওই – সিফাই হরাওফম হায়নখি। চহি খুদিংগী হরাওবা লোইবদা খুঞ্জাশিংগী মরক্তা লারোই-শীংলোই খায়দুনা মুক্লা-কাংজৈ শান্নে। কাজাউ অদুগা খুনগী নহারোলশিংগী মপাঙ্গল মথৌনা চাংয়েংনৈ।

## সনা বোরাচাওবগী লান

কাজাউনা সনা কোনুংগী থবক্তা হকথেংননা য়াওরকপগী মনুংদা ইং ১৮৮৬ তা সনা বোরাচাওবগী লালহৌ যাওরুবা অসিসু শিংথানিঙাইনি। চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা থুপখিবগা মচাইবুংঙো সুরচন্দ্রনা নিংথৌ ওই। ফম্বাল কাবগী চবাংনরিবৈঙদা নরসিংহগী মচা বোরাচাওবনা লান হৌরকই। নিংথৌ খুভম মুনগে থৌরাংলকখি। অদুবু মায় পাকখিদে। কাজাউনা লালহৌসি করিগী য়াওরুবনো ? কোনুং কারিবা মহাক্লা তশেংনা নিংথৌগী মায়োক্তা লেপলিব্রা ? নংত্রগা সাহেবশিংগী ? লানসিদা পাওনানা লাম্মীগী লুচিংপুরেলনি। লান ঙমদুনা বোরাচাওবনা নিংথৌ ওইববদি পাওনাবু সেনাপতি ওইহনগনি[১৯] অদুগা মতিক-মথৌনা লৈবা অতৈসু চান-চানবা ফম লানথোক্কনি। অদুবু পাওনানা লালহৌসি

---

(১৮) মোইবাংনিংথৌ অমগী মচা-মশূনা মৈতৈ কোনুংদা লৈদুনা নিংথৌগা চান্নবা মরূপ ওইখি। মহাকপু অচোইবা মোইরাংনিংথৌ (অচোম মোইরাংনিংথৌ) হায়না খঙনখি। – **অচোম মোইরাংথৌ** (কাঙমোং তোংব্রম লৈকায়)।

(১৯) ...বোরাচাওবা ঐনা কবিগুম্বা মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ ওইববদি ইনাও ইবুংঙো মেগজনিনা যুববাজ, নাওলসিংহনা (পাওনা) সেনাপটি, চোংথা মিয়ানা মেজর ওইবীদুনা লৈবাক্কী ব্রাযেল থৌদাদা অহুম্না তান্নবগা পুবিয়ু, ঐদি ইমিংদা ওইনা নিংথৌ ওইজগে। – **বরমনি**, মৈতৈ নিংথৌরোল, লমায়-১১৪।

য়াওখিবদি সেনাপতি ওইগনি হায়বগী মীহৌবা নৎতে। কাজাউগী ব্রাখলসু পাওনানা খল্লম্বগা চানৈ। সনা বোরাচাওবদি নিংথৌ ওইনিংবনা ঙাওরনি। মহাক চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মথক্তসু লানহৌবা পামখি। মতমদুদসু পাওনাদা লুচিংবীনবা হায়জখি। পাওনানা য়াখিদে। চন্দ্রকীর্ত্তিদি মপাঙ্গল মথৌনা লৈবা, মরৈবাক্কীদমক্তা খনবা নিংথৌনি। মহাক মশাগী ফিরেপ লৈজৈ। অংগ্রেজশিংগা হকচিন্না তিন্নরগসু সাহেবশিংগী অপাম্বদা তহা-তহানা থবক তৌদে। লৈবাক প্রজগী খল্লি। অদুগা মাবু মীরৈবাক্তা ফাওবা থাদুনা থাং-তাগী অথোয়বা মহৈ ফংহল্লিবা নিংথৌগী মায়োক্তা মাগী থাং হায়গৎপা হায়বসি মীওইবগী ধর্ম্ম নৎতে হায়না চেৎনা থাজবা পাওনা ব্রজবশিনি। অমরোমদা, সাহেবনতবু হায়রবদি লোইরে খন্না লৈঙাক শাশোল্লিবা সুরচন্দ্রবুদি নিংথৌ মচিন মনাও লোইনমক্লা য়াদে। প্রজনসু পামনদে। মরৈবাক মমা লৈবাক্কী নিংতম্বদা ইকায় খুম্নরিবা খোংমী-লান্মী ফাওবনা কুশি-বাশী তৌরিবা সাহেবশিংগী লোনচৎতা মীৎ নাই। মথৌ নৎতনা মথৌ শারিবা মখোয়গী থবকশিংদা পেন্নদে। লালহৌবগী মপু বোরাচাওবগী অপাম্বনা অমা অদুগা মাগী মতেং পাংলিবশিংগী থবক্লা সাহেবশিংগী মায়োক্তা।

বোবাচাওবগী লালহৌদু নম্বোললোমদগী হৌখি। মসিনা লালহৌদু ময়েক শেংহনখিদবগী চাওরবা মরমনি [২০]। লান্মীশিংনা লমশাং লাকলিঙৈদা লৌশিং শিংবা থাঙ্গালনা লানগী নশোন ফংখি। মহাক্লা নুমিৎতুগী অহিংদা ময়ুমদা হন্দনা কোনুংদা লৈ। বোরাচাওবগী লান্মীনা নোংচুপ থোং লানশিলকপদা মহাক্লা হন্না থৌবাং তৌদুনা লৈরবা গোবীন্দগী শিঙ্গার শরিক খিংলম্মী। কাংশী মখোলসিদা বোবাচাওবনা নোংঙাল্লে খন্দুনা খোঙফম হন্দোকখি। পাওনানা খাম্বা ফাওবা তাদনা চেনখি। ঈ মবিক অমতা তান্দনা বোরাচাওবগী লান নমথখি। লানহৌদা যাওবা পূম্নমক ফারগা মাগী মাগী মতিক চাবা মরালগী দন্দি পখি [২১]।

---

(২০) ...মহাক্লা (বোবাচাওবনা) মাগী শঙ্গাইদগী চুমদ্রিং কংলা তমশিল্লম্নবদি কংলা পায়রম্বা যাবম্বনি (মহাক্কী শঙ্গাই মতমদুদা তম্ফাম্না গার্লস স্কুল লৈবিবা মফমসিদা ওইবম্মী)। মবমদি মতমদুনা কংলা মনুংদা মাগী মীচঙ অমসুং মাবু শৌগৎপা মী.যাম্না লৈবম্মী। মহাক্লা অহৌবদা লানলোঙ খবদং শোযম্রে। ময়ুমদগী কংলা তম্না চঙশিনবগী মহুৎতা হন্দোক্তুনা নম্বোলদা মহাক্কী তেঙ্গোল শেম-শাবম্মী – **চোংথাম সমরেন্দা**, পোক্লফম (এপ্রিল ১২, ২০০৫)।

(২১) ... ১৪নি লৈপাকপোকদা স্না বোরাজাওবনচিংবা নিংথেমমচা ৪ সাহেবকী খৃৎতা

বোরাচাওবনা মাগী লাম্বী তেঙ্গোল খোমজিন তাশিনফম নম্বোলদা ওইখিবসিগী মরম কয়া লৈরমগনি। মরুওইবা খরদি -- মফমসি কোনুংদগী অদুক হাক্লা লাপতবা ওইবনা চৎথোক-চৎশিন, লম্বী-থোংগী খুদোংচাবা ; অরোনবা লানওংসি খণ্ডনরক্লবসু তোংজৈ মরিললোমদা লাইনা চেনখিবা য়াবা ; মাইকৈ শোমদা থাং-তা, শরিৎ-শারদা মীশিং নাশিংবা য়াম্না লৈদুনা খোঙমী-লাম্মী শেমগৎপদা ব্রাদবসু য়াওগনি। অমবু ওইরবসু, মানা মাইকৈ শোমদগী লানহৌফম ওইখিবসি পুখ্রম্বা কাজাউগী মতোন ওইখি। মাগী পোক্লফম কাঙমোংগা নকনবা মফম ওইবনা পাওনাগা উন্নদুনা, মাগী লুচিং মখাদা লান য়াওদুনা শকখণ্ড-মায় খণ্ডনবগী খুদোংচাবা ফংখি। লান য়াওখি। লান্দা মায়থিববা পাওনা, কাজাউনচিংবা খবদি লোইদা থাদে, জেলদা লৈ।

### কাজাউ জামাদর ওইবা

ঙকচাও থেকপা পাকাসনাগী হাইগৎলিবা ঙক থুদেক্লুনা লমন খুম্বনা টিকেন্দ্রজিৎকী লাইনিংনি। অদুবু তরাই তবাইবদি ওইরোই। পাকাসনাগী মিচংদা মহাবাজ সুবচন্দ্রনা ফৈগাক লৈ। মসিগীদমক্তা সেনাপটিনা থাঙ্গালগা চিকনা রাতানৈ। মাগী মচা-মনাই, মীচং ওইবা যাবা খোমজিল্লি। থাজবা য়াবা মীশক থাদোক্লুনা থৌনা ফবা মৈতৈ পাখঙশিং থিহল্লি। মতর্মাসদা পুখ্রম্বা কাজাউদি য়াইস্কুললাকপা বোবাজাওবা লানগী বন্দি ওইবি। অবোনবা পাও কয়াদগী টিকেন্দ্রজিৎনা কাজাউগী মীং তাখি। মাগী মপাঙ্গল মথৌনা, থাং-তাদা হৈশিংবগী মতিক মগুন খংলদুনা জেলদগী থাদোক্লগা মৈতৈ লাম্মীগী জামাদার হাপখি [২২]। জামাদাব হেক ওইবগা কাজাউনা কুইনা উন্নরুদ্রবা মপা-মমা, মরূপ মপাংশিং উন্নরুনবা খুলদা লাকই।

---

পিদুনা মযাংদা পুশিনখিএ। ২০ নি লৈপাকপোকপদা বোরাজাওবগী লানফমদা ফাবা নিংথেমমচা ম্না তোম্বী শগোলমাংদা থাইএ। ইবুংশি কুপই ঙম্বগী মচানা ককচীং খুনৌদা থাইএ। ইবুংশি মন্ত্রি হনুবগী মচানা কমেংদা লোই থাই।... -- **চৈথারোল কুম্বাবা**, লমায় - ৪৭০।

(২২) ... সুবচন্দ্র মহাবাজগী মাযোক্তা বোবাচাওবগী লানদা ঐসু য়াওই। সেনাপটিনা ঐবু জেলদগী থাদোকপি অমসুং লুপা ২০ পি। ঐ মহাক্কী মীচং ওইরে। নুমিৎতুদগী ঐ সিপাহী অমা ওইদ্রে, জমাদার ওইরে।" **গ্রিমউদ হাৎপগী বিচারদা কাজাউগী জবান।**

মরিশুবা

## কাজাউগী মরূপ মপাংশিং

### নিরঞ্জন সুবেদার *

মণিপুরনা নিংতম্না, মীখা পোন্দনা লৈনবগীদমক্তা থব্রাই কৎখিবা শহীদশিংগী মরক্তা অথোয়বা অমা ওইরিবা নিবঞ্জন সুবেদার মৈতৈ নৎতে। গুর্খানি। হারদুই জিলাগী টিকুয়ামো হায়না খঙনবা মফমদা পোকখি[২৩]। অপোকপনা দরিয়া সিং ছেত্রি কৌই। অহানবদা মহাক বৃতিশকী ৩৪ শুবা নেতিব ইফেন্ত্রিগী বাটালিয়ন্দা য়াওদুনা শিলচরদা লৈরম্বদগী মণিপুরদা রেসিদেন্সী পানবা সিফাইদা য়াওই। থা তরুকলোম লৈরগা মহাক য়াওবা লান্মী রেজিমেন্তু অম্বলাদা থাই অমসুং মফমদুদা মচোয় মচোয় কায়নরে। নিরঞ্জন্না ময়ুমদা অমুক হল্লকই। অদুব্ন সিফাই ওইবা পাম্বা মহাক্না ময়ুমদা লৈবা হৈনদে। চহি মবি-মঙা ৱানা খাঙলগা থবক থিবা ময়ুম থাদোক্লম্মী। ব্রমা য়ৌরুই। মফমদুদা মাগা লুনা চান্না তিন্নবা মরূপ অমা লৈবমদবদগী (শিখিবা) মণিপুরদা হল্লকই। মহাক্কী মথৌনা মবিংজেন মুন্না খঙবদগী টিকেন্দ্রজিৎনা কৌশিল্লগা মাগী মী ওইহল্লি। সুবেদাব হাপখি। লান্মী ওইদুনা য়েকনবগা মায়োকনবা পামজবা মহাকনি। ফমগী নৎতে, তবলক্কীদমক্তা থবক তৌবসু নৎতে – নিরঞ্জন [২৪]।

---

* মপুংফাবা মীং : নিবঞ্জন সিং ছেত্রি কৌই।

(২৩) **চৈথারোল কুম্বাবা**, লমায় ৪৯৮।

(২৪) **মেজরেগী কোর্টা নিরঞ্জননা হায** ঃ ...The Senapati called Koireng, appointed me a Subadar, and I have been in his service $3\frac{1}{2}$ year. I receive

বৃতিশশিংনা টিকেন্দ্রজিৎ ফানবা অহিংদা লান্দারকপদা নিরঞ্জননা তম্পাকয়ুম ঙাকলি। মৈতৈ সিফাইশিংগী থৌনা হাপতুনা অংগ্রেজশিংগা নোংমৈ কাপনৈ। মৈতৈ সিফাইগী মতিক-মথৌনদা মায়থিরনি খঙলবা সাহেবশিংনা তুং হন্দোকখি। চেন্নখি। এজেন্ত সাহেবকী লৈফমদা লোৎনখি। মরাল লৈতবা লৈবাক মীয়াম্বু অৱা অনা নংহনখিবা, হাৎখিবগী মৈ হৌরবা মৈতৈ সিফাইশিংনা মখোয়বু তান্নখি। কংলাদগী মখোয়গী লৈফমদা নোংমৈ কাপশিনখি।

'শাকমান্নবা উচেকশিংনা পুন্না পুন্না চক্রমিন্নৈ' হায়নবগুম্না সেনাপতিনা সাহেবশিংবু য়েংনিংদবা মতৌদা নিরঞ্জনসু ইয়াও য়াওই। বৃতিশশিংগী মায়োক্তা তৌবা থবক অমতদা মহাক চিংথদে। লমদমসিগী লৈপাক লৈহাওদা চাওরকপা নংত্রগসু মহাক্না লমদমসিবু মমা লৈবাক ওইনা খনখি। সনা কোনুংগীদমক্তা পুকচেল শেংনা থবক তৌখি।

১৮৯১ মণিপুরগী নিংতম্বগী অবোইবা লালদা নিরঞ্জন্না সাহেবশিংগী মাযোক্তা থবক তৌই, বিলাত মহারানীগী মথক্তা লান হৌই, মণিপুরগী মীচংদা থৌনা ফনা লেপ্পী হায়বনিচংবগী মরাল পিশিন্দুনা মহাকপু বৃতিশ সিফাইনা মে ২, ১৮৯১ দা ফাই [২৫]। অদুগা মণিপুরগী চিফ পোলিটিকেল ওফিসার, মণিপুর ফিল ফোর্সকী কোর্টা মেগী তাবিক ৫দগী মেক্সৱেল সাহেবনা ৱাযেল বিচার তৌই। মাবু হাৎনবা বায় পি। ১৮৯১ গী জুন ৮, ইঙা থাগী নিনি পানবা নিংথৌকাবা নুমিৎতা ফাঁসি তৌই [২৬]। মণিপুবগীদমক্তা মমল য়াম্লবা মীবমগী থৱাই অমা খাঙ্ডুথক্তা মাঙহনখি। শিবা মতমদা মশাগী চহি ৩৯ খক্তা ঙাইরি।

---

no pay, but only some rice and in returns drill Sepahis and attend to the Sipahis in services of my master. I was in command of the Senapati's gate when the British troops attacked on morning of 24th March –Khelchandra. **Documents of Anglo-Manipur War**, Page - 173

(২৫) নিবঞ্জন সুবেদাবনা বৃতিশ লাশ্মী ওইবা তোক্লগা মৈতৈ সিফাই ওইখিবসি সাহেবশিংনা পেনখিদে। মঙোন্দা মরাল অমা পিশিল্লগা অহকপা শিবগী চৈবাক পিবা ওইগনি।

(২৬) Empress Vs 1. Niranjan Subadar 2. Mia Singh মখোয় অনিমক্কী মরাল, শাক্ষিশিংগী বা তাবগা, মেক্সৱেলগী রাইদা হায় :

The accused No. 1. Niranjan, is a British subject and an old soldier in the native army of Her Majesty, the Queen Empress. At the time the

34th B.N. I. were disbanded the accused was discharged. He of all others in Manipur should have been most particular in his conduct towards the British Government on the 24th and 25th March, and instead of holding aloof, it has been clearly proved that he joined eagerly in his master's (the Senapati) cause against the Government, whose subject he was and fought against the British troops. He has thus proved himself to be a rebel, and his position of Subadar in the Service of the Senapati declares him to be a leader of the revolt against British authority. I, therefore, sentence the 1st accused Niranjan to be hanged by the neck until he is dead.

মেঞ্জরেলগী ব্ৰারোলদা মেজর জেনবেল কমন্দিং ফিলদ ফোর্সকী হেনরী কোল্টনা :

I confirm the sentence of death passed by the Chief Political Officer in the cases of both the accused, viz Niranjan Subadar, and Miya Singh, both the accused having in my opinion been clearly convicted of having acted as leaders and instigators of revolt

The sentence to be carried out in front of the west gate of the Fort on Friday, the fifteenth day of May, 1891

Sd/-

Henry Collett,<br>Major General Commanding<br>Manipur Field Force

Manipur<br>the 12th May, 1891

অদুবু মখোয অনিমক হাযবিবা তাবিক অসিদা ফাঁসি তৌদে। হেনবী কোল্টনা ফংলিবা ব্রাবোল পূম্নমক ভাবত সরকারদা লানখৎলি। ভাইসবোইনা কুপ্পা খল্লবা তুংদা মাগী মত পিবদুনা লন্দনগী সেক্রেতবি ওফ ষ্টেটতা শিন্নে। মফমদুগী লেজিলেটিব দিপাটমেন্টনকী আইন্দা মীৎশিং নাশিংবশিংনা মখল-মখা কুপ্পা খন্না নৈনববা তুংদা নিবঞ্জন সুবেদাববুদি অদুমক শিবগী দন্দি পিরগা মীযা সিংবুদি শিবগী দন্দিদগী কোমথোক্লগা পুন্সি চুপ্পা লোই থানবগী ব্রাবেপ তাখি। মসিমক থবক ওইনা পাঙথোকখি।

Telegram No. 228, dated Manipur, 8th June, 1891

From : Chief Political Officer

To : Secretary to Cheif Commissioner, Assam

Niranjan Subadar hanged this morning. .

Assam Secretariat Foreign – A. September 1891 No. 356.

Source : **Manipur State Archives.**

## চিরাই নাগা / চিরাই থাঙ্গাল

চিরাই নাগা চীংমীনি। ময়াংখাঙদা পোকই। অপোকপনা চুনবা কৌই। সাহেবশিংনা মাবু বিলাত মহারানীগী মায়োক্তা লান হৌই, বৃতিশ ওফিসার অনি হাৎলি হায়বগী মরান্দা ফারগা মণিপুরগী চিফ পোলিটিকেল ওফিসার, মণিপুর ফিল ফোর্সকী কোর্টা মেক্সব্রেল সাহেবনা ব্রায়েল বিচার তৌখি। মহাক ফাবা মতমদা (১৮৯১) মশাগী চহি ৩০শুরে।

মার্চ ২৩, ১৮৯১গী (মার্চ ২৪গী অঙনবা অয়ুক) নোংঙাল্লমদাইদা অসামগী চিফ কমিসনার মিষ্টর কুইন্টনগী লমজিং পাওতাক মখাদা বৃতিশ লান্মীশিংনা কোনুংদা নোংমৈ কাপশিন্দুনা টিকেন্দ্রজিৎ ফানবা হোৎনখি। থৌরাংসিদা অহিং তুমদুনা লৈজবা মীচম প্রজা কয়া শিখি। কোনুংদগী হেন্দোক্লুনা মনাক লৈবা মফম কয়াগী য়ুম কৈ মৈ থাখি। মাঙহন তাকহনখি। মৈ কনবা, অৱা- অনা তারবশিংবু তেংবাংবা লাকপশিংবু সাহেবশিংনা থিংখি। লন্মী-সরোক্তা ফুখি চৈখি, বুতনা কাওখি। মসিদগী খোইশাওনরবা প্রজশিং হৌরকখি। সাহেবশিংনা লান তোক্লসি হাযজরকখি। মৈতৈসু য়াখি। অদুবু সাহেবনা পাম্লিবসি থবক ওইবদা মৈতৈনা য়াদে অদুগা মৈতৈগী অপাম্বসু সাহেবনা য়াদে। সাহেবশিংগা মৈতৈগা দরবার ফমমিন্নবদসু য়ানবা পুরকখিদে। লৈবাক প্রজাগী অশাওবা মৈরীবক্তা পুখ্রম্বা কাজাউনা মণিপুরগী পোলিটিকেল এজেন্ত মিষ্টর গ্রিমউদপু তানা থিনখি। মপুন্সি লোমহনখি। ইকান-কান্নদনা কুইন্টন্না লুচিংবা সাহেব মবিসু কংলা উত্রাদা শংলিংবগী খূৎ য়ৌখি। 'কংলা শামাংদা অঙৌবা মকোক তাগনি' হাযবা মাইচৌ পুয়াগী ৱা চুমখি। থৌদোকসিদগী কিবনা মিহুন চেনগুম চেনগানরবা সাহেবশিং লৈফম খঙখিদে। খোইরেল মশা পাইনখি। মিসেস গ্রিমউদ তোংজৈ মবিল পাংখি। মৈতৈ লান্মীনা থৎচিল্লকপদগী চেনফম লৈত্রবা সাহেবশিংনা চীং মান্দা চেন্নখি। শাফগদৌবা মফম য়েংনা লোৎনখি। মণিপুর টেলিগ্রাফ লোইশংগী সুপ্রিতেন্দেন্ত মি: দবলিয়ু মেলভিল্লী অদুগা মাগা লোইনবা ওফিসার ওব্রিন অনিসু ওফিস থাদোক্লগা চেনখি। ময়াংখাঙগী দাগ বঙ্গালাদা লোৎতুনা লৈখি। মার্চ ২৫,১৮৯১ দা অসিঙব কুদ পোইলানা লমজিংদুনা মৈতৈ সিফাইশিংনা মখোইবু থিরকখি। বঙ্গালা মনুংদা সাহেব খরা লোৎলি হায়বা

খওবদগী খোইশাওনরবা মৈতৈ সিফাইশিং অদুগা চিরাই নাগা য়াওনা ময়াংখাঙগী খুঞ্জাশিংনা অতৎ অখম লৈতনা নোংমৈ কাপশিনখি। নোংমৈনা পান্দুনা ওব্রিন মফমদুদা শিখি অদুগা অশোক অপন কয়া নংলবা মেলভিল্লিনা নোংমৈ অমগা লোইননা নুমিদাংগী অমম্বদা নাম্থোকখি। চিরাইনা মাবু থিরকপদা তুরেল মপানগী



মি: কুউন্টন,
অসামগী চিফ কমিসনার

কংলা শামাংদা হাংখিবা বৃতিশ ওফিসেরশিং
- কৌটিস : মণিপুর স্টেট মিউজিয়ম।



লেপ্টেন্টে কর্নেল স্কীন

মোংশোঙ মরক্তা লোৎতুনা লৈরম্মী। শাগল লাক্রা চিংথোক্লগা থাংহাই অমুক্তদা মকোক ককখি। অককপা মকোক্তুনা মায পাকপগী খোল্লাও লাওবগা খুন্দা পুরকই। বৃতিশ ওফিসার অনি হাৎপগী মরান্দা চিরাই নাগাবু ফারগা আগষ্ট ৫, ১৮৯১ দগী বিচার তৌই [২৭]।

(২৭) Empress Vs 1st accused Ghuna Singh alias Indujamba, 2nd accused Ningthoba Singh alias Chingsuba, 3rd accused Thaoba Singh alias Phanjao, 4th accused Tonjao Singh alias Mangshataba, 5th accused Fuleram Singh alias Chapa, 6th accused Chaobaton Singh alias Haikrujamba, 7th accused Pradumba Singh alias Ashangba Kut, 8th accused Chirai Naga

মেক্সব্রেল সাহেবনা মখোযগী মথক্তা শিবিবা মবাল অদুগা শাক্ষিশিংগী রাবোল তাবগা হায :

8th accused, Chirai Nage, are guilty of the offence mentioned in the 3rd charge, viz, that you on or about 26th March 1891 at Mayangkhang by causing the death of W.B. Melville, Superintendent of the India Govt.

লোইলম সাসন্দা হান্নেংদবা বৃতিশশিংগী মায়োক্তা লেপতুনা চীং-তম নুংশি-চান্নবা লৈমিন্নবা পামজবা চীংগী লুচিংবা চিরাই নাগা ওক্তোবরগী ১৩, ১৮৯১ মেরাগী ১০ নি পানবা লৈবাকপোকপা নুমিৎতা ফাঁসি তৌই।

---

Telegraph Department, committed murder; and you 5th accused, Tularam Singh alias Chapa, 7th accused Pradhuba Singh alias Ashangba Kut, are not guilty of the offence mentioned in the third charge, viz, that you abetted the murder of W.B. Melville, superintendent in the Indian Government Telegraph Department; and the court directs that you, 6th accused, Chaobaton Singh alias Haikrujamba, and 8th accused Chirai Naga, be hanged by the neck until you are dead ; ......................... ..........

The procceding are forwarded to the General Officer Commanding, Manipur Field Force, for such orders as he deems fit to pass. ......

Sd/-

6th September 1891 — H Maxwell, Majaor
Manipur — Chief Political Officer

Source **Manipur State Archives.**

Telegram No 380, dated Manipur, the 12th October 1891

From Chief Political Officer, Manipur

To · Secretary of Chief Commissioner, Assam

The murders of Messrs Melville and O'Brien of Telegraph Department The sentence of death on Cherai Naga has been confirmed by Governor General in Council ... ... ... ...... . .....

Assam Secretariat Proceedings Foreign - A November 1891, No. 1.

Telegram No. 384, dated Manipur, the 13th October 1891

From Chief Political Officer, Manipur

To Secretary to Chief Commissioner, Assam

Cherai Naga, the murderer of Mr. Melville, was hanged this morning

Source · **A Documents of Anglo-Manipur War.**

মঙাশুবা

# অরোইবা খোঙচৎ ঃ ফাঁসি শাগাইদা

নুমিৎকি মশেক মঙালনা চীংনুং মানুং শিন্থুংনা য়ৌবগুম্না পৃথিবীগী কাচিন কোয়া মফম খুদিংমক্তা শন্দোবক্লিবা অংগ্রেজগী মাযোক্তা কনামতা লেপ্পা ঙমখিদে : মপাঙ্গল মথৌনা লৈরবা লৈবাক কয়া মৈরাম্বীনা মৈরীদা পাইশিন-পাইসিন্দুনা



গ্রিমউদ, মণিপুরগী পোলিটিকেল এজেন্ত - ১৮৯১



গ্রিমউদগী লোয়নবী

মপুন্সি লোমগুম্না বৃতিশকী মখুৎতা মায়থিখি। মীখা পোনখি। মপুনিংবা হূইগুম্না কুনখি। অকনবনা অচুম্বা ওইদুনা তৌনিং তৌনিংবতা তৌরিবা সাহেবশিংনি। অচৌ-অচৌবা লৈবাকশিং মচেৎ মচেৎ থুগায়দুনা মচি-মচিদা হু কামশিল্লগা নুংশিনহনদবনা মখোয়গী মথৌনি, মদুগী খুদোংচাবা লৌবগা লোইলম লৈঙাক

শন্দোক্তুনা মখৌ পোঙলিবা বিলাট মহারানীনি। তৌগে হায়বতা তৌবা ঙম্বা অংগ্রেজশিংগী মায়োক্তা লেপতুনা মণিপুবগী পোলিটিকেল এজেন্ত মি: গ্রিমউদ হাৎপগী ফল করি ওইরক্কনি হাযবা কাজাউ খঙই। মঙোন্দা শিবগী দন্দি নৎতনা অতোপ্পা অমা লৈরোই হায়বা তশেং তশেংই। পূম্নমকসি খঙনা খঙনা, তৌগে হায়বা যাওনা মহাক্তা গ্রিমউদ হাৎখি। মতম কুইনা সাহেবশিংগী থবক্তা পেন্দনা লৈবকপা, থমোযদা ওমদুনা চাকলকপা লমনা খুমনিংবগী মৈচাক কোকখি।



পুখ্রম্বা কাজাউনা গ্রিমউদ তানা থিনখিবা দরবার হোল (শিরীগী 'x' মফম)
- কর্টেসি : দি আই পি আর, ১৯৯১।

## গ্রিমউদগী অরোইবা

ভারত সরকারনা সুরচন্দ্রগী রাকৎ – মহাকপু মণিপুরগী নিংথৌ ওইহনবিদ্রে হাযবা অদুগা অমবোমদা পোলিটিকেল এজেন্তকী রারোল মমুৎ তানা তাবগা মাবু অমুক হন্না নিংথৌ ওইহনবদি যাখিদে ; কুলাচন্দ্রবু নিংথৌ ওইনা শকখঙলগা টিকেন্দ্রজিৎপুনা মণিপুর রাঙমদা লোই থানবা রারেপ লৌখি। রারেপসি আসামগী চিফ কমিস্যসনার মি: কুইন্টননা মণিপুর চৎলগা হায়দোকলুনবা শিন্নে। মসিগীদমক কুইন্টননা লেপ্টেনেন্ট কর্নেল স্কীনগী মখাদা গুরখা লান্মী ৪০০ গা লোইননা মার্চ ২২, ১৮৯১ দা মণিপুরদা থুংলৈ। কুইন্টনগী অপাম্বদি ভারত সরকারগী রারেপ টিকেন্দ্রজিৎপু য়াহনবনি। য়াদ্রগসু মাবু নমদুনা ফাগনি। মসিমক থবক ওইনা পাঙথোকনবা সাহেবকী বঙ্গালাদা



কাজাউনা গ্রিমউদ তানা থিনবা
কর্টেসি : আর কে সি এস আর্ট গেলরি।

দববার ফমসি হায়না নিংথৌ মচিন মনাওশিং কৌখি। নিংথৌনা মতমচানা লাক্লবসু নুমিৎ য়ুংবা ফাওবা বঙ্গালাদা চংহন্দবদগী টিকেন্দ্রজিৎ শাওনা হনখি[২৮]। মহাক য়াওদবনা দববার ফমখিদে। মথংগী নুমিৎতা অমুকসু দববার কৌদুনা টিকেন্দ্রজিৎ ফানবা হোৎনৈ। মদুসু মহৈ য়ানখিদে। যুবরাজ মশা ঙমদে হায়দুনা লাক্কে[২৯]। মাবুতা ফানবা থৌবাং ওইবনা যুবরাজ য়াওদ্রবদি দববার ফম্বগী অর্থ লৈতে হায়না তোকখি। সাহেবশিংগী অরোনবা থৌরাং মযেক শেংলকখি। হোৎনবপুম্বা উৎতা ঘী হৈববগুম্না থোক্লবা কুইন্টন্না অরোনবা থৌবাং অমমুক [illegible] শিনখি। মণিপুরগী মমিং লৈববা 'বাস লিলা যেংগে অদুগা হনখ্রগে' হায়রিল্লবগী মার্চ ২৪ গী অঙনবা অয়ুক্তা (পং ৪.৪৫ তাবদা-- সবোর্জিনি, ১৯৯০) [illegible]



(২৮) ভাবত সরকারগী অরোনবা থাথংদ নাসিকলাল কুন্দ অদুগা বামপদ [illegible] খঙহন্দনা মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা লোইদবদগী বঙ্গলোদা কনামতা চংহনখদে।

(২৯) Had there been no reason for keeping the princes waiting at the gate, things might have ended differently. But that delay enabled some of the Manipuri Sepoys to gain admission into the Residency grounds, from where they could take opportunities marked distribution of our forces, saw the Ghoorkas living the entrance-steps and the officers in uniform in attendance outside. Some of them even strolled round to the back of the house, and there they saw the some preparations. Sepoys on the steps, and guards about the grounds.

Of course the Manipuris did not keep this to themselves, but made their way out again to the Jubraj, and told him of all they had seen; and he took the oppportunity to return to his house with his brothers, the Senapati giving out as an excuse that he felt too ill to remain waiting about in the hot sun.

– Mrs. Grimwood, (1891).

শঙ্গাইদা নোংমৈ কাপশিন্দুনা প্রজা ময়াম অৱা-অনা, মীশি-মীনা থোকহনখি। মসিদসু সাহেবশিংগী নিংবা থুংখিদে, যুবরাজ ফাবা ফংখিদে। সাহেবশিংনা অমুক মণিপুর নিংথৌগা ৱারী শান্নসি তাইশন্নরসি হায়জরকখি। কুলচন্দ্র মহারাজনসু যাবীরদুনা চিফ কমিসনার মিঃ কুইন্টন্না লুচিংলগা পোলিটিকেল এজেন্ত মি: গ্রিমউদ, ৪২ শুবা গুর্খা সিফাইগী লেপ্টেন্টে কর্নেল স্কীন, চিফ কমিসনারগী এসিষ্টেন্ত মি: কোসিন্স, ৪৩ শুবা গুর্খা সিফাইগী লেপ্টেনেন্ট সিমসন অদুগা বেঙ্গল খোংবা অমগা লোইননা দরবার ফমনবা লাকই। কোনুংগী মাইগৈদগী যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎ, থঙ্গাল জেনরেল, অঙোম নিংথৌ, অয়াং পুরেল, কর্নেল শামু, মেঞ্জব মিয়া য়াওই। কোনুংদা মবাং মরাং তৌনরিঙৈ, লৈবাক্কী অৱাবা তারিঙৈদা ওইবনা দরবার হোলগী থোং লোল্লমদুনা হোল মমাং লম্বীদা দাববার ফম্মী। মতমসিদা কাজাউ দরবারগী শিরীদা লেপতুনা লৈ। কুইন্টন্না যুবরাজবু মাগা লোইননা কলকতাদা চৎনবা তকশিল্লি, টিকেন্দ্রজিৎনা যাদে। কোনুংগী মাইকৈদগীনা ৱাফমসি তাইশিন্নদুনা লোইশিন্নদ্রিবা ফাওবা সাহেবশিংগী নোংমৈ, খুৎসু খুৎলাই পুম্নমক মৈতৈ সিফাইশিংনা ঙাক-শেন্নবা কন্না তকশিল্লি। হায়নবা অমতা যানাদবদগী মথংগী অযুক্তা অমুক দরবার ফমসি হাযনৈ। সাহেবশিংনা খোবকপদা খোইশাওনববা প্রজাশিংনা মবাং মবাং তৌনবকই, সাহেব তম্না হোৎচিন্নবকই। সাহেবশিংনা দরবারলোমদা অমুক খোঙফম তুংহন্নবকই। মাংথংনা লকপা সাহেব গ্রিমউদনা দরবার হোলগী শিরীদা হেক কাখৎলকপগা পুখ্রম্বা কাজাউনা (ফিঙাঙ) গ্রিমউদপু থবাক্তা তানা থিলি। মপাঙ্গল মথৌনা লৈববা, থাং তাদা হৈথোয়-শীংথোযবা নুপাদুনা মথৌ নৎতনা মথৌ শাববা, নিংতম্বা লৈবাক অমগী লৈবাক ঙাকলোন্দা খাবৈ খাবা শাবিবা সাহেবশিংগী মথক্তা লমন খুর্মনিংবগী মীৎতা ঈখোং কানা থিল্লকপা তাগী চৈনাদা গ্রিমউদ শিবী মথক্তা লোংনা তাখি, তাথিন অমদা মাগী থৱাইনা হকচাং পোলাং থাদোকখি। কাজাউগী মথৌনাদা মীযাম্না পেন্নখি। মীযাম হুপ্না মাবু থাগৎখি। চবাংনবা মবক্তা ফৌরুংবা যত্রানা দারবারগী থোং কাওথেক্তুনা অতৈ সাহেবশিং মনুংদা লোৎহনখি, মথৱাই কনবিখি। অদুবু মবাল লৈরবা মখোয়না অচুম্বগী মাংদা কয়াম কুইনা লোৎলুনি, নুমিৎতুমক্তদা থাঙ্গাল জেনরেলগী যাথংদগী বেঙ্গুল খোংবা যাওনা সাহেব মঙা শর্গলিংবগী খুৎতা তাখি, কংলা শামাংদা অঙৌবশিংগী মকোক কেনখি।

সাহেবশিংগী মকোকনা নুংগোইবীদা অদুগা হকচাংনা খ্বাইরম্বন্দা ফুমই। মতুংদা লৈপাক হৌদুনা কোন্থৌজমগী ইমফমদা লৈবা বাঙ্গালাসু মৈ থাদোকখি [৩০]।

## কাজাউ ফাবা



১৮৯১ দা কাজাউ ফাখিবা মফম (২০০৬ তা ইম্ফোলসি সলাম জুগিনগী ওইবি।) - ফোতো : অইবা।

কাজাউ না গ্রিমউদ হাৎলম্লগা কংলাগী নোংচুপ থোংলোমদা থোরক্লগা ময়ুম কাঙমোংদা হল্লকই। মতম কুইনা মাগী অপাম্বা, নিংজবকপা থুংবগী পাউ ময়ুমদা, মব্দপ মপাংশিংদা তম্মনিংবনা নুমিৎ তারে, লম লাপ্পা চৎকদৌবিবনি হায়বা ফাওবা কাওথোক্লা চেন্না চেন্না লাকখি। অদুবু অহিং থেংজিল্লকপনা ময়ুম যৌবা ঙমদনা লমখাঙদা লেকই। নোংঙাল্লগা ময়ুম য়ৌই। মনা তৌকবা থবক্কী পাউ তাবদা লৈকায, খুল পুম্নমক থবক হুন্নখি। কাজাউগী মথক্তা কারি তৌবক্কনি মীপায়নখি। মীপায়নবম্না অদুমক থোক্লে -- কোনুং সিফাইশিংনা কাজাউ থিবকখি। মতমসিদা কাজাউ মাগী মম্মা নিংথৌজম লৈবেলগী যুমদা লৈ। (মফমসি হৌজিক সলাম জুগিনগী ইম্খোল ওইরি)। মাবু ফাগদৌবগী থিরক্লে হায়বা খঙলবা খুঞ্জাশিংনা লৈবেনগী যুমদগী অতোপ্পা মফমদা লোৎলুনবা কন্না তকনৈ। মানা য়াদে। মগাক্লা পতিশ ওফিসাব গ্রিমউদ হাৎপদি মশাগী মরনাই নুংঙাইনদবা, নুংশিনদবগী লমন খুন্বা নৎতে, মীয়ামগী অপাম্বনি, মীয়াম্না মঙোন্দা পিরকপা শিন্থা পাংথোকপানি – মদুগীদমক্তা মঙোন্দা পিবকপা চৈরাক খুদিংমক হবা ওনা য়াগনি হায়না থোঙফম চেৎনা লেপখি। মাবু থিবকপা সিফাইশিংগী মাংদা – "ঐনি নখোয়না থিবিবা কাজাউ হায়বদু" চোংথোকখি।

---

(৩০) চৈথাবোল কুম্বাবা, লমায - ৪৮৬।

## বিচার



মেঞ্জরেল :
ক্রেডিট মণিপুর স্টেট মিউজিয়ম

পুখ্রম্বা কাজাউবু (ফিঙাঙ) মে ১৯, ১৮৯১ দা চিফ পোলিটিকেল ওফিসার মেক্সরেলগী স্পেসিয়েল কোর্টতা বিচার তৌই। মঙোন্দা শিরিবা মবালগী শমলপ্পদি – মহাক্না বিলাত মহাবানীগী মায়োক্তা লৈদুনা মার্চ ২৪, ১৮৯১ দা মণিপুরগী পোলিটিকেল এজেন্ত, বাঙ্গাল সিভিল সারভিস ওফিসার মিঃ গ্রিমউদপু হাৎকে হায়বা যাওনা হাৎলি - ঙাকপিকম থোক্তবা মবাল লংশিল্লে হায়বনি। মাহাৎপা অসিগীদমক্তা কাজাউ নৎত্রগা ফিঙাঙবু কোর্ট অসিদা বিচার তৌগনি। মাগী জবানদা গ্রিমউদ হাৎলি হায়বা মশানা যাখি।

## শাক্তি মিয়াসিং

বিচারদা মিয়াসিংনা সরকারগী শাক্তি ওই। মহাক ললাম্লুংদগী নদোলিয়ান (অশেংবদি বৃদিবাম কৌই হায়) কৌবা অমগী মচানি। লাম্নাগী মেজরনি হায়না শক্তাকই। মশাগী চহি ৫০ মুক শুরে। মহাক কাজাউদু হান্নদগী মশক খঙই, তৌজিকসু কোর্টা হাজীর তৌদুনা লৈ হায়না মখুৎ থিন্দুনা তাকই। নুমিৎতুদা মহাক্না উত্তৌরনি হায়না রাবী পরেং অমা লিখি। মকু ওইনা খরদি ঃ

*.. সাহেব মডা বেঙ্গল খোংনা অমগা দরবার লাকই .. দরবার হৌল শো লোনবদগী শরক্তা ফম্ত্রী... অহানবা নিংথৌ, থাঙ্গাল জেনরেল, সেনাপতি নৎত্রগা যুবরাজ, অতৈ কয়াসু যাওই.... দরবার লোইরগা চিফ কমিসনারগা সেনাপতিগা খুৎ শোকনৈ অদুগা হায় 'ন, ঐগা কলকটাদা চৎপা তাই', সেনাপতিনা য়াদে... কমিসনারনা দ্রাগোন লৈবা থোংলোমদা অদুগা সেনাপতিনা তোপ গারোদলোমদা চৎখি... মীয়াম লাংনদুনা সাহেবশিং অমুক হোৎচিল্লকই কাজাউনা মঙোন্দা তানা থিল্লি... গ্রিমউদনা ঈশিং নিরকই... ঐনা ঈশিং পিথকই... মাগী থরাই কননিংবনি অদুবু ঙমখিদে... মহাক ঈশিং খবা থক্লগা অদুমক শিরে... কাজাউনা পাইবা তাদু ইবং লংই, তাখোক্তা লৈতেং অমতা যাওদে।* (মপুঙফাবা ব্রাবোল – ২শুবা চেহাপ ক)

## কাজাউগী জবান

শক্কিনা কাজাউদা পিরিবা মরালদা করি হায়নিংবা লৈ হংই। মহাক্না করিমতা যেংনিংবা লৈতে খুমই।

কাজাউনা মশাগী জবান পিবমদাইদা মহাক কাঙমোং[৩১] খুন্দগী চাওবসিংগী মচানি, চহি ৩৫ শুরে হায়না শক্তকই (মপুঙ ফাবা জবান, ২শুবা চেহ্নাপ-গ)। বিচারপতিগী মাংদা মানা পিখিবা ব্রারোলগী মতেক মতেক ঃ

*... ঐ সুবচন্দ্রগী মাযোক্তা লালহৌবগী [৩২] জেলদা লকই...মার্চ ২৪ দা কোনুংদা নোংমৈ কাঙ্গগী পাও তাই... নামদাংবাইদা খাঙ্গপাং যৌই... মখাবোম থংবা খোংদগী কংলা চংই... ঐনা খুলদগী লাকপদা তা পাযবকই... সবক্তা দববাব তৌই... দববাব লোইবগা সাহেবশিংনা কংলা শা লৈবা খোংলোমদা থোকখি... মীযাম লাংনবক্তনা অমুক হোৎচল্লকই... বাইখ্রিবাকপা অমসুং অখোম নিংথৌনা মাংখংলকপা সাহেব অহুম কনবা হোংলৈ. শক্তি ওইবিবা মীযানা মতেং পাংই... মীযামগী অশাওবা পেন্নদবগী খোল্লাও হেন্না হেন্না হৌগৎলকই... ঐনা পায়বিবা তানা সাহেব অমা থিল্লি... মহাক দববাব হোলগী সিবীদা শাংনা তাদুনা লৈ... ঐনা সাহেবতু হাংপা মতমদা কোকযেৎ অমুবা যেৎলে... ইকান কান্নদনা সেনাপটি অমুক লাকই... নোংচুপ খোংলোমদা থোকখি... ঐসু মতুং ইন্নবগা থোবকই... যুমদা লাকই... যুম যৌবা ঙমদনা খুল অমদা লেকই... যুমদা হুল্লকপদা তা লোইনবকই...মীযানা হাযবিবা নেপ্রা হাযবদুদি ঐ খঙদে...।*




১৮৯১ দা কাজাউগী তা ফুমথি হাযবা মফমগী ২০০৬ তা ওইরিবা শকুম (ইলেক্ট্রিক ট্রান্সফোমার থমফমগী খাজিল্লবা মনুংদা লৈরিবা নুঙফমসিদা তা ফুমথি হায) - ফোটো : অইবা।

---

(৩১) বিচাব প্রোসিদিংদা কাঙমোংবু 'কাঙমো', পুখ্রম্ব কাজাউবু 'কাজাউ মণিপুরী', ফিঙাঙবু 'ফিঙুব্রা নত্রগা ফিঙুই' হাযনা ইবম্মী।

(৩২) সনা বোবাচাউবগী লান।

বিচাবদা কাজাউনা অচুম্বগীদমক্তা মায় লৈখিদে। মশাগী নিংতম্বতবু মমল লৈহনবা অদুগা অতোপ্পগী নিংতম্ববুদি খোঙগাওনবদা হালেংদবা অংগ্রেজশিংগী মতৌবু মহাক্না তুক্কচৈ। ফম্বা চল্লগা হিপ্পা চল্লি খন্না যুমদাংবনা কৈরেপ্পা পান্নিবা, অকনবনা অচুম্বা শাবা বৃতিশশিংগী ৱাখল লিংদবা মতৌদা থমোয় কায়রবা মীয়ামগী মহুৎ শিন্না মহাক্না গ্রিমউদ হাৎপনি হায়না খোঙফম চেৎনা লেপখি। মসিদি মৈতৈগী ঈ অশেংবা কাজাউগুম্বা মরৈবাকনিংবা অমগী তৌফম থোকপা মথৌনি। সাহেবশিংনা মহকপু মীহাৎপা অমা ওইনা উরগসু লমদমসিদা মহাক তশেংনা থৌনাফবা, তুংগী মীরোনগীদমক্তা মশাগী থৱাই কৎথোকপদা হালেংদবা, মরৈবাকনিংবা অথোযবা থৱাইনি - পুখ্রম্বা কাজাউ।

## বিচারগী রায়

শাক্ষি ওইরিবা মিয়া অদুগা কাজাউগী বাবী তাবগা কাজাউনা গ্রিমউদ তশেংনা হাৎলি, মহাক শিবগী চৈবাক পিবা যাই হায়না মেক্সৱেলনা নুমিৎ অদুমক্তদা



কংলাগী নোংচুপ থোঙ ১৮৯১
কর্টেসি : দি আই পি আর।

হেনবী কোল্ট, জেনবেল ওফিসাব কমান্দিং, মণিপুব ফিল ফোর্সকী মফমদা লানখৎলি (২ শুবা চেহাপ-ঘ)। মহাকনসু মেক্সৱেলগী ৱাবোল পুম্নমক অচুম্বনি লৌদুনা পুখ্রম্বা কাজাউ/ ফিঙাঙবু মে ২৫, ১৮৯১ নিংথৌকাবা নুমিৎতা কংলাগী নোংচুপথংবা থোংদা ফার্সি তৌ হায়না য়াথং পিখি (২ শুবা চেহাপ- চ)। য়াথংদুমক মফম অদুমক্তদা নুমিৎতুগী অয়ুক পুং ৭ তা পাঙথোকখি (২ শুবা চেহাপ ছ, জ, ঝ অমসুং ঞ)। ইরমদমসিগী মীথোয মীহেল্লবা মপারী অমা অকাসতগী অরংবা থৱানমিচাক অমা মুৎখিবগুম্না ঐখোয় ইরক্তগী মাঙখি। মরৈবাক মজাতিগীদমক্তা ঐখোযগী থৌনা ফবদো, মহাক্কী থৱাইনা নোক্না নোক্না লৈগী দোলাই তোংলগা অমম্বদগী অঙানবলক্তা তিনখি।

## অরোইবা মথৌ মঙম

শহীদ ওইরবা কাজাউগী থবাই য়াওদ্রবা হকচাংনা নুমিৎ হুমনি চুপ্পা কংলাগী থোংদা য়াম্দুনা থম্মী। মনাক্তা বৃতিশ সিফাইনা শংই। সাহেবশিংনা মখোয়না তৌগে হায়বা খুদিংমক তৌবা ঙম্মী হায়বা উৎনবনি। মনাক্তা কনা অমতা চংহন্দে। অরাপ্পদগী অউবশিংনা কপনৈ। কাঙমোংগী অহল-লমনশিংনা অশিবা হকচাং লৌবা চৎলুবদা পিরক্তে। মতুংদা মখোয়না খল্লিবা অুদগী ওন্ন-তৈন্না মীয়াম শাওনরে মীওইবগী লিচৎ চৎতবা মতৌ ওইনা উনরক্কে খনলব্রা – মখোয়না কাজাউগী অশিবা হকচাং লৌথোকখি। থৌনাফবা নুপাদুগী পৎথ-পুমথবা হৌরক্লবা হকচাংদু কোনুংগী সিফাইশিংনা কাঙমোংদা থিল্লকই। মাবু ফাখিবা য়ুমদুগী কোম্থোংদা থাদরম্মী। মীয়াম হুপ্পা থোরক্তুনা অথৌবগী মফমদা ইকায় খুমনৈ। মীৎতগী শিন্থুরকপা পিরাংগা লোইননা মরৈবাক নিংবগী হকচাংদু লৈমখোং তরেলগী খোংবান্দা মৈতৈগী চৎনবী মতুংইন্না অরোইবা মথৌ-মঙম পাঙথোকখি। শহীদ ওইরবা পুখ্রম্বা কাজাউ/ ফিঙাঙগী মফমদা হৈ-লৈ কৎনখি।



কাঙমোং মাইস্নাম লৈকায়দা লৈবা কাজাউ মোংফমগী নিংশিং নুঙ - ফোটো : অইবা।

চৎলোকো হে অথৌবা, ফিঙাং লাম্মী, অথোয়বা
তাইবং মীরমলেন থাদোক্লুনা, থব্রানমিচাক্কী লৈবাক্তা
চৎলিঙৈ নহাক্লা, লৈচিলগী দোলাই দা
য়েংবীরম্মু তুংহন্না, হাপ্পীরম্মু থৌনা লিংজেল
মরৈবাক নিংবগী, নরোই নচাশিংদা- কংলৈপাক্কী।

**অহানবা চেহাপ**

১৮৯১ মণিপুরগী অরোইবা নিংতম লালগা মরি লৈননা বৃতিশনা মরাল শিখিবা মরৈবাকনিংবশিং ঃ

| (ক) ফাঁসি তৌখিবা মরৈবাক নিংবা | | ফাঁসি তৌবা নুমিৎ/মফম |
|---|---|---|
| ১. পুখ্রম্বা কাজাউ/ফিঙাঙ | - | মে ২৫, ১৮৯১(কংলা নোংচুপ থোং)। |
| ২. নিরঞ্জন সুবেদার | - | জুন ৮, ১৮৯১(জেল মনুং)। |
| ৩. যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎ | - | আগষ্ট ১৩, ১৮৯১(ফৈদাপুঙ)। |
| ৪. থাঙ্গাল জেনরেল | - | আগষ্ট ১৩, ১৮৯১(ফৈদাপুঙ)। |
| ৫. চারাই নাগা/চিরাই থাঙ্গাল | - | ওক্তোবর ১৩, ১৮৯১(জেল মনুং)। |

| (খ) লোই থাখিবা | | |
|---|---|---|
| ১. কুলচন্দ্রধজ | - | আগষ্ট ১৪, ১৮৯১(মফম তারবা নিংথৌ)। |
| ২. অঙৌসনা | - | আগষ্ট ১৪, ১৮৯১(সেনাপটি)। |
| ৩. লোকেন্দ্র/বীরজিৎ সিংহ | - | আগষ্ট ২০, ১৮৯১(ৱাংখৈরাকপা)। |
| ৪. শামু সিংহ, কর্নেল | - | জুন ২৬, ১৮৯১(লুৱাং নিংথৌ)। |
| ৫. চোংথাম নিলমনি সিংহ অয়া পুরেল, মেজর | - | মে ৯, ১৮৯১(কলাপানি লোইদগী। থাদোরক্লগা ১৮৯৭তা বৃন্দাবন্দা শিখি)। |
| ৬. চোংথাম মিয়া সিংহ, মেজর | - | মে ১২, ১৮৯১(১৮৯৬আন্দামন্দগী থাদোরক্লগা রধাকুন্দাদা লৈ। ত্রিপুরাদা শি। |
| ৭. উরু সিংহ | - | আগষ্ট ১৮, ১৮৯১(উশুবা)। |
| ৮. চাওবা হাইদার | - | আগষ্ট ১৮, ১৮৯১(মচাহল)। |
| ৯. গুনা সিংহ খোমদ্রা | - | জুলাই ৬, ১৮৯১(লালুপ চিংবা)। |
| ১০. খম্বা সিংহ | - | (লাইশ্রবা)। |

| | | |
|---|---|---|
| ১১. ধজ সিংহ | - | (ময়েংবা)। |
| ১২. ননি সিংহ নেপ্রা | - | আগষ্ট ১৮, ১৮৯১(মচাহল)। |
| ১৩. ত্রিলোক সিংহ | - | আগষ্ট ১১, ১৮৯১(নোংথোম্বা)। |
| ১৪. ধন সিং শগোলশেম্বা | - | (শংলিংবা)। |
| ১৫. গুনা সিং ইন্দুজাম্বা | - | ওক্তোবর২২,১৮৯১(জামাদার)। |
| ১৬.নিংথৌবা সিংহ চিংশুবা | - | সেপ্তেম্বর ৬,১৮৯১(জামাদার)। |
| ১৭. থৌবা সিংহ ফমজাও | - | মার্চ্চ ৩, ১৮৯১(জামাদার)। |
| ১৮. তোনজাও সিংহ মংশাতাবা | - | (জামাদার)। |
| ১৯. চাওবতোন সিংহ হৈগ্রুজাম্বা | - | সেপ্তেম্বর ৬,১৮৯১(সুবেদার)। |
| ২০. পারাদুম্বা সিংহ অশাঙবা কুট | - | |
| ২১. চাওকামী নাগা | - | মার্চ্চ ৭, ১৮৯২ (ময়াংখাঙদগী)। |
| ২২. গুহো নাগা | - | মার্চ্চ ৭, ১৮৯২ (ময়াংখাঙদগী)। |

অনিশুবা চেহাপ

## পুখ্রম্বা কাজাউগী বিচার

In the court of Chief Political Officer Manipur, this 19 May 1891.

## Queen Empress Versus Kajao alias Phinga, Manpuri

### (ক) First witness for prosecution

Miya Sing, son of Badiram, Major in Manipuri army, of village Lalambung, aged 50 years being warned to tell the truth states :

*I know Kajao alias Phingua[৩৩] Manipuri, he is now before the Court (point out accused). I remember the 24 March 1891 when there was firing between the British Troops and Manipuri. In the evening, the cease firing sounded and I heard the Chief Commissioner and some officers were coming to hold a durbar I came just behind Angao Nigthao and from the direction of the Citadel. There were 5 sahibs and a bugler who had a bugle in his hand, on the road in front of the durbar house the durbar was held as the durbar room was locked and the key could not be found. Present at the durbar were Angao Ningthao, Tongal General, Senapati alias Jubraj. Samu Colonal and other I cannot call to mind The Chief Commissinor said to the Senapati, you must come with me to Culcutta and the Senapati replied, he was afraid to go to Culcutta and wished to be exempted but that he wanted think over the health and a durbar might be held next morning. The Chief Commissioner assented and shook hands with the Senapati and the officers turned towards the Gate near the dragons and the Senapati toward the gate near the Top Guard.*

---

(৩৩) ফিঙাঙ

*As the Officers reached the gate the door were closed and the crowd commenced husstling them; Angao Ningthao placed himself before the officers and in this way they returned to the steps of the durbar house. At the front Mr. Grimwood Political Agent was speared and calling for water died. The other officers managed to escape into the durbar room. I gave Mr. Grimwood some water but cannot say exactly where he wounded. I was close to him at the time and was trying to save him. Another Sahib was wounded and he was leaving against me. I saw the man who speared Mr. Grimwood the accused was the man, one Nepra L/Col. gave Mr. Grimwood a push and when Mr. Grimwood wished to capture him the accused Kajao speared the Political Agent, the wound was some where in the side but I cannot say the exact spot. The spear used had a clean shaft and was not ornamented with hair or any other material. After drinking a little water Mr. Grimwood died. I then went away in the direction of the Top Guard and thence to the Hirusang Guard where I slept the night*

*In the morning I learnt that the Sahibs had been killed. I cannot remember what cloths the accused was wearing but he had a black pagri on his head. Angao Ningthao was on the steps when Mr Grimwoods was speared. I cannot call to mind other persons but there were many people pushing and shouting. I am now a prisoner in the jail under sentence of death for rebellion*[৩৪].

(Accused declims to cross examine witness)

**Read over and admitted correct.**

19th May 1891<br>
Manipur

Sd/-<br>
H. Maxwell<br>
Chief Political Officer.

## (খ) Charge

*I, H. Maxwell Chief Political Officer Manipur hereby charge you Kajao alias Phingao Manipuri that you on or about 24th day of March 1891 at Manipur town by causing the death of Lt. C Grimwood Bengal Civil Service and Political Agent Manipur committed culpable homicide accounting (sic-amounting) to murder and thereby committed an offence punishable by and within the cognizance of the court and I direct that you Kajao alias Phingao be tried on the said charge.*[৩৫]

19th May 1891,<br>
Manipur

Sd/-<br>
H. Maxwell<br>
Chief Political Officer.

## (গ) Statement of accused Kajao alias Phingao son of Chaoba Sing, Village of Kangamao Manipuri, age 35.

*Some time ago in the reign of Surchandra. I was in Jail for forming in a rebellion and I was released before Surchandra left for Culcutta and have been living in my village some 10 miles distant from the capital farsince (sic-eversince).*

*On the 24th March the villagers all heard that firing was going on in Manipur and I accompanied them. We arrived near the Pat evening and soon afterwards we heard that firing had ceased. I took advantage of this to enter the Pat. On leaving my village I took my spear.*

*As I entered the fort by the South Gate, I heard that Sahibs were coming to a durbar and I went to the durbar house and saw 5 Sahibs and Angao Ningthao, Senapati, Tongal General, Aya Parel, Samu Cononel, Mia Major 1st witness for prosecution sitting in durbar on the road in front of the durbar house. The durbar over the Senapati went towards the Top Guard Gate and the Sahibs towards the dragon gate. As the Sahibs reached the gate the doors were closed and the crowd commenced to shout and husstle the Sahibs. The Senapati turned crowd and called upon the crowd to disperse and the Sahibs retraced their steps to the durbar house gate.*

*Wangkheilakpa and Angao Ningthao managed to save three of the Sahibs from the fury of the crowd, the 1st witness for prosecution also was assisting the Sahibs and 2 Sahibs got a little separated from the other, we were all excited and the crowd was shouting kill, kill. I raised my spear and speared a Sahib and he fell at the foot of the steps leading to the durbar house. I cannot say what Sahib this was. The other Sahibs were taken safely to the durbar room. I was wearing a black pagri at the time, I did not enquire (sic-injure) the other sahibs but he managed to ascend the steps. Soon after this the Senapati appeared and went towards the west gate and I followed him and thence I went home-wards sleeping at a village halfway.*

*I have not been induced to make this confession, what I have said is true. Had not Mia Singh named me as the murderer I should have remained quiet. The spear I used I took home and burnt the shaft and the head I burried and can point out the spot. I do not know Nepra L.Col.*

*I found (sic-joined) Bora Chouba to fight against Sur chandra*

*Maharaja, the Senapati got me out of jail and gave me Rs. 20 and I become his adherent. I am not a sipahi but a Zemdar.*

*Taken down in my own handwriting and containing accuratly the whole statement made by the accused*[৩০].

| | |
|---|---|
| 19th May 1891,<br>Manipur | Sd/-<br>H. Maxwell<br>Chief Political Officer |

The accused placed in hazat.

| | |
|---|---|
| 19th May 1891,<br>Manipur | Sd/-<br>H. Maxwell<br>Chief Political Officer. |

## (ঘ) Judgement

*A short history of this case is that on 24th March 1891, fighting occurred between the British troops guarding the Residency at Manipur and the forces of Manipur State. In the evening both sides ceased firing and 5 British Officers Mr. Quinton, Chief Commissioner of Assam, Colonal Skene, Lient. Simpson, Messrs Cossins and Grimwood, and a bugler entered the fort to meet the Manipuri officials in Durbar. The British part were assured of safe conduct. After a short sitting the durbar closed and the officers and bugler left to return to the Residency, they had onlv gave a few yards when an inner gate in the fort was shut on them and the large crowd of Manipuris commenced to press near and use threats of violence. With the assistance of a few leading men the British party succeeded in returning a few pads to the steps of the durbar house but at the foot of these steps Mr. Grimwood the Political Agent who doubtless considered it to be his duty to cover the retirement and to endeavour to appease the murmuring crowd was struck down by a spear wound and shortly afterwards expired.*

*The witness for the prosecution Mia Singh gives evidence that he saw the accused Kajao spear the deceased officer and the same statement he made early in the current month when he himself was under trial for Rebellion. The accused when confrontied with the witness admits his guilt and there can be no doubt that the admission is voluntary and that accused is the actual murder of Mr. Grimwood.*

*There is no evidence that the accused participated in the events later on in the night which terminated in the cruel murder of our brave officers and brave bugler. I shall sentence the accused to death*[০৭].

19th May 1891,<br>Manipur

Sd/-<br>H. Maxwell<br>Chief Political Officer.

## (ঙ) Finding & Sentence

*The court find you Kajao alias Phungi Manipuri are guilty of offence with which you have been charged, viz, that you on or about 24th day of March 1891 at Manipur Town by causing the death of F.St. C. Grimwood committed culpable homicide accounting (sic-amounting) to murder and directs that you Kajao alias Phugai Manipuri be hanged by the neck until you are dead.*

*The above sentence is dependent on confirmation by the General Officer Commonding the Manipur Field Force to whom the papers will be forwarded for such orders as he may think fit to pass*[০৮].

19th May 1891,<br>Manipur

Sd/-<br>H. Maxwell<br>Chief Political Officer.

(চ) *As the Appellats court in this case I have called the accused before me this day, and have examined him regarding his statement before the Lower Court, and find that he adheres to his previous statement. As extenuating circumstances he pleads that he speared Mr. Grimwood because the people around all called on him to kill the Sahib, as he (the accused) had a spear in his hand, and had he not come so the people might have injured him. I cannot however accept the plea and confirm the sentence of death passed on the accused Kajao alias Phungai by the Chief Political Officer. The sentence to be carrried out in front of the West Gate of the Fort on Monday 25th May, 1891*[০৯].

Manipur<br>20th May 1891

Sd/-<br>Henry Collett<br>Major General<br>Commanding Manipur Field Force

(ছ) *Sentence duly carried out in front of the West Gate of the Fort at 7 A.M. on 25 inst*[৪০].

25th May 1891 — Sd/-

Manipur — H. Maxwell

Chief Political Officer

## (জ) মণিপুর ফিল্ড ফোর্সকী হেনরী কোল্টনা ভারত সরকারগী ফোরেন সেক্রেটরীদা থাবা টেলিগ্রাম

Telegram, dated the 20th May, 1891

From : General Collett, Manipur

To : The Foreign Secretary, Simla

*187, Kajao, Manipuri, tired by Chief Political Officer for murder of Mr. Grimwood, and sentenced to death. I have confirmed sentence. The accused in statement admitted having speared deceased officer when all the officers were trying to escape from the crowd to the Darbar house, after the last Darbar on the Tuesday 24th. He pleads in extenuation that the crowd called on him as he had a spear in his hand to kill Mr Grimwood, and he did so, thinking the people might injure him if he did not. As Appellate court I summoned accused before me and examined him, and consider he is guilty of a cruel murder beyoung all resonable doubt. 25th May fixed for execution*[৪১].

## (ঝ) ভারত সরকারগী ফোরেন সেক্রেটরীদগী জেনরেল কোল্টনা থারকপা টেলিগ্রাম।

Telegram No 1049E, dated the 21st May 1891

From : The Foreign Secretary, Simla

To General Collett, Manipur.

*No. 1049E Your telegram No. 187 of 20th regarding sentence on Kajao, Manipuri. The Government of India see no reason to interfere and the sentence may be executed*[৪২].

---

(৩৪-৪০) Source : **Manipur State Archives.**

(এঙ) আসাম কমিসনারগী সেক্রেটরীদগী ভারত সরকারদা থাবা টেলিগ্রাম।

Telegram No. 305M. dated Sillong, the 25th May 1891.

From : Secretary to the Commissioner, Assam.

To Secretary to Government of India,
Foreign Department, Simla.

(Repeated to Chief Secretary to Government of Bengal, Chief Secretary to Commissioner of Burma and Deputy Commissioner, Caahar.)

*Following dated the 25th May, received from Chief Political Officer, Manipur. Begins. "201, Kajao Manipuri, the murderer of Mr. Grimwood, was hanged this morning at 7 O'clock in front of the Fort." Ends*[৪২].

---

(৪১-৪৩) Source . **Documents of Anglo-Manipuri War** – Khelchandra

<u>মতেং লৌখিবা লাইরিক</u>


1. Directotate of Information and Public Relations, Manipur : **One Hundred Years of Manipuri's Last War of Independence (1891-1991)**
2. Grimwood, E.St.C. (1891): **My three years in Manipur**. Vivek Publishing House, New Delhi.
3. Ibungohal, L. (1987) : **Introduction to Manipur.** 3rd Ed. Pub. by S. Ibomcha. Saga Road, Imphal
4. Johnstone Sir. J. (2002) : **Manipur and Naga Hills.** (Indian Edition). Gyan Publishing House, New Delhi
5. Joychandra Singh, L. (1995) : **The Lost Kingdom.** (Royal Chronical of Manipur).Edited by Author, Imphal
6. Khelchandra Singh N. (1991) : **Documents of Anglo-Manipur War,** Part I & II.
7. Lal Dena (1991) : **History of Modern Manipur** (1826-1949) Orbit Publishers Distributers. New Delhi
8. Manipur State Archives : **Empress Vs Kajao Manipuri**
9. Premberton, R.B. (1835) : **Reports on the Eastern Frontier of British India.**
10. Sarojini, Kh. (1990) : **Manipur Who is Who.** 1891, Manipur State Archives.
11. Sobita, K. : **The Last Battle**. Manipur State Museum
12. Wilson, A. (1981) : **Sport and Service in Assam and Elsewhere** (Reprint) Spectrum Publication, Gauhati.
13. ইবুংঙোহল সিংহ লাইরেনময়ুম অমসুং নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ (১৯৮৯) : **চৈথারোল কুম্বাবা**, মণিপুর সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল।
14. খেলচন্দ্র সিংহ নিংথৌখোংজম (১৯৬৯) : **অরিবা মণিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাস** ফোঙবা - অইবা।

15. গৌরচন্দ্র সিংহ (১৯৭১) ঃ **মণিপুরগী অরোইবা লাল**

16. বরমনি সিংহ সবাংথেম (২০০০) : **মৈতৈ নিংথৌরোল** (অনিশুবা খুনম), ফোঙবা - অইবা।

17. বুধ সিংহ ব্রাংথৈময়ুম (১৯৯২) : **মৈতৈশিংগী মহৌশাদগী শাগোম্নদুনা লৈজরক্লবা মশান্নশিং** ফোঙবা - বুধা ব্রাংথৈময়ুম শিংজমৈ।

18. হেরামনি খুমন সিনামচা (২০০৩) : **মরৈবাক নীংবা অথৌবা অনি।** ফোঙবা - পুখ্রম্ব কাজাউ থিজিন লুপ, কাঙমোং।

19 --------- (২০০৩) : **নিংথৌ কাঙবা** (শৈরেং) নোংচুপ হারম খোরজৈ লুপ।

20. **সনথোঙ মেগাজিন** (১৯৯৯) ঃ কাঙমোং, ভোলুম ৫, মশিং ১২।

21. সনাহল গুনেশ্বব রাজকুমার (২০০০) : **পাউনা ব্রজবাসি অমসুং মাগী থাঙলোন।** ফোঙবা জিলাসনা।

**ব্রাতান্নখিবশিং কাঙমোংগী অহল/অখঙ-অহৈশিং**

১। শ্রীসিনাম বোকুল

২। সিনামচা হেরামনি

৩। শ্রীথাংজম বাবু সিংহ

৪। শ্রীথোকচোম সর্ব্ব সিংহ

৫। শ্রীঙাঙোম নেত্রাজিৎ সিংহ

৬। শ্রীথাওনাওজম ইবোহল সিংহ

৭। শ্রীলাইশ্রম লফোই

৮। শ্রীলাইরেনজম ইবোপিশক সিংহ

৯। শ্রীচি[illegible]তোন সিংহ

১০। শ্রী[illegible]চোম মোইরাংথোঁ















ডা: খাঙেম্বম শামুঙৌ, ইম্ফাল বেষ্টকী হৈগ্রুজমদা ১৯৪৩ গী নবেম্বর ১দা পোকই। মফমদগী এল পি দা মহৈ তমলকপনা গৌহাতি য়ুনিভরসিতিগী মেট্রিক-পোষ্ট গ্রেজুয়েট, বেনারস হিন্দু য়ুনিভরসিতি অদুগা মণিপুর য়ুনিভরসিতিদা রিসর্চ তৌরকই। নম্বোল নৈরেল গার্লস হাইয়ার সেকেন্দরী, জি.পী. উমেন্স কলেজ, দি.এম. কলেজ ওফ সাইন্স (পোষ্ট গ্রেজুয়েট) ওঝা ওইবক্রগা ২০০১ দা থবক্তগী পোংথাই।

অঙাং ওইরিঙৈদা লমহাং-তুমহোং, চাং-মান্দা কোইবা, লমলক্কী থরাইশিংগা লোইনবা পামলকই। ১৯৭৫ দগী কৈবুল লমজাউ শঙাইগী মরমদা থিজিন্দুনা ডোক্তরেট ফংই। মতমসিদগী মণিপুরগী মরুওইবা পাউচে, থাগী চেফোঙ, ওল ইন্দিয়া রেদিও, দূরদর্শনগী খুৎথাংদা লমলক্কী থরাইশিংবু ঙাকপী শেনবীনবা পাউজেল শন্দোক্লি। পরিং নাইবা পাউদমদা ঃ লমলক্কী শা-উচেক (বিজ্ঞানগী বা), শঙাইগী ৱাকৎ (হুইয়েল লালপাউ), ঐখোয়গীসু খনবীয়ু (মতমগী য়াইকাইরোল), ঐখোয়গা লৈমিন হিংমিন্নরিবশিং (সনথোঙ), ঐবু অমুক্তা কনবীয়ু-শঙাই (এ.আই.আর. ইম্ফাল), ঐখোয়সু নখোয় নরক্তা হিংজগে-উচেকশিং (এ.আই.আর. ইম্ফাল), প্রকৃতিগী তম্পাক্তা (পোক্রফম), লোক্তাক ঐদি ৱারেদা (এ.আই.আর. ইম্ফাল) অসিনচিংবা।

ডা: শামুঙৌগী (শঙাই পব্লিকেসন) ফোঙলবা লাইরিক ঃ শঙাই (১৯৯৩), কৈবুল লমজাউগী ৱারী (১৯৯৪), মণিপুরগী তাঙলবা শা-উচেক (১৯৯৫), শঙাইনা ঐখোয়বু ঙাইহৌরি (১৯৯৬), ঐবু অমুক্তা কনবীয়ু (১৯৯৭), সনামানবীগী মীৎয়েং (১৯৯৮), *Wildlife in Manipur (2000), Manipur Brow-antlered Deer (2004)*, প্রকৃতিগী তম্পাক্তা (২০০৪)।

ডা: শামুঙৌ মণিপুর অমসুং মপানগী সংস্থান কুনমুক্তা লমলক্কী থরাইশিংগী ঙাকপী শেনবীনবগীদমক লোইনরি।